[illegible]

শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণ মিশ্রগী

# সিন্দুরগী হোলী

হিন্দীদগী হন্দোকচবা :

সৌগাইজম নবচন্দ্র সিংহ



# ৱারোল খরদং

শ্রীলক্ষ্মীনারায়ন মিশ্রগী 'সিন্দুরগী কী হোলী' হায়না মিংথোনবা সমস্যা নাটক্কী মৰমদা আগ্রা বিশ্ববিদ্যালযগী প্রোফেসর ডাঃ রামপ্রসাদ ত্রিপাঠীনা এপ্রিলগী তাং ২০ ইং ১৯৩৮ দা ৱখাগী অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী।

ইহান হানবদা নাটক অসি ষ্টেজদা (রঙ্গমঞ্চ) তা শান্নবদা খুদোং চাগদবা মওংদা ইবা থেংনৈ। নাটকসিগী মতমসু থোইনা শাংহন্দে। মফমসু অমখক্তনি, শুপ্লতগী ৱরা শেমদোক-শেমজিন তৌবগী ৱাফমতনি। নাটকসিগী পাত্রশিংসু মশীং থোইনা য়ামহন্দে মাপন-তরাবোমক্তনি। পাত্র খুদিংমক্কী মশা-মশাগী অভিনয় তৌদুনা হৈশিংবা মখুৎশিংদু উৎপোকচনবা যাহল্লি। পাত্র খুদিংমক্কী সমস্যাসু অমমম লোয়না লৈনা উবি, অমদি মখোযগী সমস্যাশিংদু অয়াম্বনা পুক্নিং নুংশিবা য়াবা ঙাক্তনি। মুৰাবীলালগীসু মমৈদা পুক্নিং নুংশিনিংঙাই ওইবা মতাং লাকই।

মনোরমা অমদি চন্দ্রকলা লাইরিক-লাইশু নিংথীনা হৈরবী নুপীমচাশিংনি। মখোয় অনীমক যাম্না থোংচ-নৌজবি, খাঙবা কনবী অমসুং অৱাংবা ফিদমগী ৱাখল্লোন চেনবী ঙাক্তনি। মখোয় অনীমক্তা মীনুংশি অমদি কৎথোকপগী মগুণদু চেল্লি। চন্দ্রকলানা নুংশিবগী মফমদা থল্লিবা ফিদমসিদি থায়নগী নুংশি নুংঙনগী ৱারীশিংদগী থোইনা তাদে। মনোরমানা তোপ-তোপ্পা ফিদম অমা মনোজশঙ্করগী মফমদা

থম্বা পান্মী অদুবু মনোজশঙ্করগী লাংতক্করবা, তৌফম খণ্ডদ্রবা ফিভমদুদা মতেং পাংবদি ঙমখিদে। নুপীমচা অনীদুগী মরক্তা খজিক খেন্নবা লৈবদু নাটককারনা ফোঙদোক্লবা হোংনৈ। চন্দ্রকলানা হায়রি— "নঙগী লাইবক থিবদুদি অহানবদা সমাজনা ওইহনবনি, মতুংদা নঙগী পূক্লিংনা ওইহনজবনি। ঐগী লাইবক থিবসিদি হৌবদগী ঐগী পূক্লিংনা ওইহনজবনি।" অনীশুবা তাক্কতা মনোরমা অমদি মনোজশঙ্করগী অদুগা অহুমশুবা তাক্কক্তনা চন্দ্রকলা অমসুং মনোরমাগী ৱারী শানবা য়াম্না অর্থ চেল্লি অমদি ৱাখল খল্লনিংঙাই ওইহল্লি।

তশেংনমক্তি ডাক্তর রামপ্রসাদ ত্রিপাঠীগী ৱারোল অসিবু পারুরগা 'সিন্দুর কী হোলী' হায়রিবা নাটক অসি মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লিংবগী ইথিল পোকহনখিবনি। নাটক অসিনা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলগী চিদায় অমদা নৌহৌননা লৈশাং তমজদুনা লৈরাং লৈচল অমগুম লৈনম য়েনবা ঙমজরবদি হোংনজমল মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

সৌগাইজম নবচন্দ্র সিংহ
তাং ৭/২/২০০৫ ইং

## নাটককী পাত্র

### নুপা

১। রজনীকান্ত

২। মনোজশঙ্কর

৩। মুরারীলাল

৪। মাহিবঅলী

৫। ভগবন্তসিংহ

৬। হরনন্দনাসিংহ

৭। ডাক্তব

### নুপী

৮। চন্দ্রকলা

৯। মনোবমা

### অমসুং

(অতোপ্পা মীওই খরা)

# অহানবা শরুক

*(নোংজুথাগী মতমনি। নুমিৎনা মাতোল লোমত্রে অদুবু লৈচিলনা কুণ্ডনা থাখিবনা হৌজিক্তা নোং ঙাল্লকপগুম তৌরম্মী।*

*ডিপুটি কলেক্টর মুরারীলালগী বঙ্গলোনি। বঙ্গলোগী মমাঙ থংবদা অচৌবা কা অমা লৈ, মদুদা নোংচুপলোমগী চংনবীদা অমগা-অমগা ওনশিল্লদুনা থোঙজাওশিং শাল্লি। থোঙজাওশিংদু লোয়নমক হাংদোক্লি অমদি কা মনুংদা অচৌবা টেবল অমগী অকোয়বদা উগী চৌক্রিশিং থারি। টেবল মথক্তা ইংলিস খবর, কা অমসুং ইলাইচি য়াওবা কাগোক অমা অমদি মনাক্তুদা গোল্ডফ্লেক চুরুট উপু অমদি মৈখেৎ লৈরি। মায়োক্লবগী ফক্লাং ময়াদনা আলমারি অনী লৈ, মদুদনা চাউর-চাউরবা মল্লবা লাইরিকশিং থল্লি। খরা অমদি বাইন্ডিং কায়রে খরা অমনা বাইন্ডিংগী ফিশিংদু শেগায়রে অদুগা মখুম অদু য়াম্না মোৎনসু উরে। কা অদুগী মাঙলোমদনা থা মচেৎ শাবা মাঙ্গোল অমা লৈ, মৃশ্বীশিংদুগী সিমেন্টশিংদু খরা-খরা কেনবা য়াওরে, অদুগা চেকশিংদুনা মন্না উরম্মী। মাঙ্গোলদুগী ফক্লাং ময়াদা মাগী চৌক্রি অনী থারি। মাঙ্গোলগী মায়কৈ অনীমক্তা অকোয়বা কা অনী লৈরি, মখোয়শিংদুগী থোঙ অমমম মাঙ্গোললোমদা ফাংলি অদুগা থোঙ অমমম মনীংলোমদা লৈবা অচৌবা কা অদোমদা ফাংলি। অচৌবা কাদুদগী বঙ্গলোগী মনুংলোমদা চঙখিনবা লম্বী অমা লৈ। মুরারীলালগী কেরানী মাহিরঅলীনা মপাল্লোমদগী কা মনুংদা চঙলকই। মাহিরঅলী টেবল মথক্কী পোৎচৈশিংদু লোইশিল খোমজিল্লি। চৌক্রিশিংদু থাংদোক-থাংজিন তৌরগা মশাগী ইন্নফিনা কনথোক্লি, অদুগা মফম চানা থল্লি।)*

*(মুরালীলাল ইমুংলোমদগী থোরকই)*

মুরারীলাল : কদায় চৎলুবগেনে! পুং মাপল মখায় তারক্লে। ঙসিদি কেস য়াম্না লৈনে। পুং অমরোম লৈরগদি ঐহাক চৎপা তাবনি অদুগা নঙদি হেক্তা থিবা খঙদে।

*(মাঙদা চঙশিল্লগা চৌক্রিদা ফম্মী অদুগা চুরুপ চল্লগা থকই।)*

মাহিরঅলী : মনাওনুপাগী মচাদু লাক্লম্বনি ....

মুরারীলাল : কনাগী মনাওনুপাগী মচা ?

মাহিরঅলী : রায় সাহেব ভগৱন্তসিংহগী মনাওনুপা সিদা উকিল ওইবদুগী মচাদুনিদা ! নহাল ৱারী শান্নখিবদো...

মুরারীলাল : (*থৱায় য়াওনা*) ইহে ! (*মকোক্তা মখুৎ থাঙ্গৎলগা*) হৌজিক্কালসে ৱারীককা নীংশিংবা থোক্লে। অদুদি করিদা য়ানরে ? মনোজ লন্দন্দা চৎনবগী খরচতি মঙোন্দগী লৌহৌনবা হোৎনরো ... মদুনা নঙগী হৈশিংবা ওইরনি।

মাহিরঅলী: অদুবুদি মহাকসু য়ারবনি... অদুদা ৱাফম অমদি ..

মুরারীলাল: করি ৱাফম ?

মাহিরঅলী : লম য়েন্নবগী খৎনবজাৎনিদা। নহান সাহেবপু উন্নবা লাকপা নুপামচাদু, মাগী চহীদু চাউরাক্লা তরাতরেৎ- তরানিপাল্লোম শুরম্লগনি, মপাদু লৈখিদবা চহী অমরোম ফারবনি। হৌজিক্তি মহাক পাম্বে লৈত্রে, তোল্লবনি খন্না রায় সাহেবনা মাগী হক পূম্না মৎনীংলমাল্লে।কনা লৈজদ্রবা তোল্লবদু নুমিত্তুদা ওম্বোক্লা কপখি। শাগৈ অমত্তগী ঈ অমত্তদা ...

মুরারীলাল : ফরে অদুদি নহাক মতাংসিদা করি তৌগে খল্লিবগে? ভগৱন্ত য়াম্না ফত্তবা মীশক্লি; ঐহাক য়াম্না মূন্না খঙই। লুপা লাক্ক কয়া

প্রজাদগী মৎলগা তানশিল্লিবনি। কুইদ্রি ওনরেরী মাজিষ্ট্রেট ওইরম্বনি ... চহীসিঁদা রায় সাহেবসু ওইরে। লমদুগী মীশিংনা মাবু য়াম্না কিনৈ। মাগী অনীংবদু হেক্তা তৌবা ঙম্মী। অদুনা ঐসু করিগুম্বা খরদি.. (*মঙোন্দা য়েংই*)।

মাহিরঅলী : মহাকপুদি শীবদুদা য়ারবনি। লুপা লিশিং তরা পুরগা হৌজিক লাক্লগনি অদুবু নুপামচাদুগী থবায়দি মাঙলগনি। সাহেবপু হরাওহল্লগা মহাক্না নুপামচাদুগী মথায় লৌথ্রগনি! পুলিসনসু মাগী রায় মতুংইন্না থবক তৌখিনি.. সোমদনা অদোম লৈবনা মানা কিনিংঙাই লৈত্রে... খুঙ্গংগী মীশিংদি মাবু কিনবা ঙাক্তনি... মরম অসি লৈবনা ...

মুরারীলাল: হোয়নে মরম অদু লৈবনরা ?

মাহিরঅলী : সাহেব, *ঐহাক্তি* মরাইবক থীরবা নুপামচাদুদা মীনুংশিদুম পোক্লক্তে।

মুরারীলাল : অদুবু মতাংসিদা করি তৌবা তাবগে ?

মাহিরঅলী : মহাকপুদি সাহেবনা হায়বদুদা শোয়দনা য়ারক্কনি। রায় সাহেবপু থেমজিনবীরগা তাইশিন্নবা হোৎনবীয়ু।

মুরারীলাল : (*কয়া হৈনিংদনা*) ফরে য়েংবা হায়বদুনি। হৌজিক ফাওবদি মনোজদা শেলদু ফংলম্লগদরা ?

মাহিরঅলী : ফংলম্বসু য়ারে নৎত্রগনা ঙসিদি শোয়দনা ফংলগনি।

মুরারীলাল : য়েংউকো, মহাক খঙদনবা হোৎনগদবনি।

মাহিরঅলী : কনাবুনো সাহেব ... ?

মুরারীলাল : মনোজশঙ্করবুনি... রাফম অদুদি নঙতনা খঙলিবদুনি।

মাহিরঅলী : অদুবু সাহেবনা ৱাফমসি হন্ন-হন্না পনবীরিবা করিগীনো? ৱাফমসিদবু ঐমক্না...

মুরারীলাল : ঐহাক থৌদোক অদুদা তশেংনা নুংঙাইতে। ঐগী মরমদগী মপাবুংনা আত্মঘাট তৌখিবনি হায়না মনোজনা করিগুম্বা খণ্ডলক্রবদি... *(তুমিন্না লৈরগা, করিগুম্বা ৱাখল অমদা লৃপ্তুনা লৈ)* চহী তরাগী মতম হৌপ্রবনি ... হৌজিক ফাওবদি ৱাফমসি কনানসু খণ্ডনদ্রি। অদুবু নোংমা খণ্ডনরকপা তারবদি ঐগী মায়দা অমুবা কালি তৈগনি অদুগা ইকায়বনা হায়নিংঙাই লৈররোই। *(চৌক্রিদা ফম্নগা নুংশা স্বর শাংনা হোল্লি)*

মাহিরঅলী : *(কয়া হৈনিংদনা)* সাহেবনা ঐবু চিংনবীরবদি ঐঙোন্দা হায়বীগনু।

মুরারীলাল : *(খণ্ডহৌদনা চৌক্রিদগী হৌগৎলগা মাহিরঅলীগী মখুৎ পায়রগা)* ঐবু নঙোন্দা অমুক চিংনখিগদ্রা ? ৱাখলসে তৌফম খণ্ডলক্রুবা মতমদা করিগুম্বদা অসিগুম্বা ৱাসে ঙাঙথোকখি। নহাক অমদি মনোজশঙ্করবু পেন্নবগীদমক্তা খুদিংমক ঐঙোন্দা মাঙজবা ওইরবসু করিমত্তা চিংনবা লৈতে। ফরে, ইমুংদা চঙলগা চন্দ্রকলাদা ঙসিগী ডাক্তা মরুওইবা চিঠি লাকপ্রা হায়না হংলুগেরা ?

*(মাহিরঅলী থোকখি)*

*(মুরারীলাল কা মনুংদা তৌফম খণ্ডদনা কোয়চং চক্তুনা লৈ। মুরারীলালগী চহী মতাংসি চাউরাক্না হৌজিক চহী নিপ্ফুরোম শুরে। কুচু ভৌবা, মশা শেংবা, মমিৎ খুজরবসু লংবা, কুঙনা মুরবা মশমদু মতুংলোমদা হাৎলি। মকোইসু নিংথীনা থাকই, ফুরিৎ অরাওবা, পাজমা অমদি পঞ্জাবী খোক্তুপ তোংঙি। ফিজোল অসিনা মুরারীলাল য়াম্না নহা ওইনা উরম্মী।)*

*( চন্দ্রকলাগা লোয়ননা মাহিরঅলী চঙলকই)*

*(চন্দ্রকলা মুরারীলালগী মচানুপীনি। তশেংবমক্তি চন্দ্রকলাগী চহী মতাংসি চহী ২০ শুরবনি অদুবু মাগী মওংদুদি অঙাংদৌনা ইচম চমজরশ্মী মদুনা মাগী ফজবদু অমুকসু হেনগৎলশ্মী। মহাক শংবান্নবা মচুদা মুগাগী শাড়ী অমা শেংলি, মদুগী ফিবান অমদি ফিজিদু সনা মচুনা হৎলশ্মী।)*

মুরারীলাল : *(মাহিরঅলীগী মায়কৈরোমদা য়েংলগা)* মপান্দা থোকখ্রো মী লাকপগুম তৌই...

*(মাহিরঅলী থোকখি)*

*(চন্দ্রকলাগী মায়কৈদা মূন্না য়েংলগা)*নঙগী মায়থোঙদু ইশুক শুকথনা উরে। নশা শুমথ্রবরা ইবেম্মা ?

চন্দ্রকলা : *(নোকফেং তৌনবা হোৎনরদুনা)* করিসু তৌদেদা পাবুং...

মুরারীলাল : *(চৌক্রিদা ফম্লদুনা)* করিসু তৌদে হায়বদি করিনো ? নঙ নখায় নুংঙাইতনা উরে। চিঠিকা অমত্তা... ? *(মীৎ কৃপ্তনা মঙোন্দা য়েংই)*

চন্দ্রকলা : *(খরা চেকশিন্না)* লখনৌদা ... মাগী অনাবদু অমুক হেক্কিজ্জুরমানে, করিগুম্বা মতমদা নোংমদা পুং অনীদগী হেন্না জ্ঞান মাঙবসু য়াওরমান্নে।

*(লৈমায়দা য়েংদুনা লৈ)*

মুরারীলাল : মনোজদি মশাবু মশানা হেন্না নাহন্নবা হোৎনজরে। চহী মতাংসি অসুম্না তৌগল্লি। মমাঙ চহীদা অমুখক চৎলুবনি...

নিয়ম নাইনসু চাদে, তূম্বসু নিয়ম নাইদে। অহিংদা মমান্নবশিংনা হোস্টেলদা তূমদুনা লৈ অদুগা মহাক্না কাদু লোনশিল্লগা পার্কতা থোক্লগা বাঁসী খোংদুনা লৈ। অসুম হায়না তৌরবদি মশা ফত্তবা তাবনি। (*খনবগী মওংদা*) মাগী মরাইবক্তুদি ঐনা শেন্নুবা ওম্বা নত্তে। ঐগী মায়কৈদগীদি ঐনা হেক ওম্বমখৈ... অতোপ্পগীদমক্তা কনানা কদায় ফাওবা হোৎনদোইনো... মসিগী চয়েৎনবসি করম্বা মতমদা কোক্কনি খঙদ্রে।

(*চন্দ্রকলা চিংনবা অমদি লাংতক্লনা মঙোন্দা য়েংই*)

চন্দ্রকলা : অদুবু চয়েৎনবসিদি অদোম ইশামক্লা... নংত্রবদি মহাক্না অদোমগদি মরী অমত্তসু থোক্লদে।

মুরারীলাল : করিনো নঙনা ওাঙলিদুবু ? ঐনা তৌবা থবক্তা নঙনা ওাঙফম থোক্তে।

চন্দ্রকলা : ঐদি করিসু হায়খিদেনা... অদুগা...

মুরারীলাল : (*মখূৎ থাঙ্গৎলগা*) তূমিন লৈয়ু। কৈদৌবগী হায়রোইদৌরিবা? ঐসে মাগা মরী থোক্লদে হায়বসিদি নঙদি করম্না খঙলিবা? ঐগী মরূপকী মচানুপানি। শিরমদাইগী মতমদা মহাকপু ঐঙোন্দা শিন্নরম্বনি। মরম অসিনা ঐনা মাগীদমক্তা অম্নাবা পোৎলুম পুরিবনি। মহাক্না মরোমদোম লেপচবা ওমদ্রিবা ফাওবা মাবু য়েংশিনবা হায়বসি ঐগী ইথৌনি।

চন্দ্রকলা : ফরে পাবুংনা ঐবু ওাকপীগনি ...।

মুরারীলাল : ওাকপীয়ু হায়বা ব্রাহ্মসি নঙগী থম্মোয়নুংদগী হায়রকপা নত্তে। নঙবু ঐনা বি.এ. ফাওবা অংগ্রেজি তমহল্লুবা বিদ্যাদুনা ওাকপীয়ু হায়রিবনি। ইমুংদা চঙপ্রো... হৌজিক্কী মহৈ তম্বসিদি ব্রাঙাঙ শাঙাঙকা য়াম্না তম্নীপ্রে।

*(চন্দ্রকলা থোকখি। মুরারীলালনা কাগোক্তগী ক্কা মতপ অমা লৌথোক্লগা মচিন্দা হুকচিল্লি। মাহিরঅলী চঙলকই)*

মাহিরঅলী : মহাক যৌরক্কে। মী অমসু লোয়নরকই।

মুরারীলাল : *(থুনমক হৌগৎলগা)* ঐহাক মনুংদা চঙগ্রগে। শেলদু লৌরগা ইমুংদা চঙলকউ, মখোয়বু অসিদা ফমহল্লস্মু। ঙাইহাক লৈরগা ঐহাক অমুক থোরক্কে।

মাহিরঅলী : অদুগা ঐদি ...

মুরারীলাল : *(ইমুংগী থোঙ ময়াদগী)* করিসু কায়দে, ঐহাক অমুক থোরকখিগনি। *(চঙখি)*

*(মাহিরঅলী মাঙ্গোলদা থোরক্লগা লেপ্তুনা লৈ। ভগবন্তসিংহ অমসুং হরনন্দনসিংহ চঙলকই)*

ভগবন্ত : *(মাহিরঅলীগী মখূৎ পায়রগা)* সাহেব কদোমদা লৈবগে?

মাহিরঅলী : *( কয়া হৈনিংদনা)* ইমুংদা লৈ, য়ানি ফম্বীয়ু। *(কা মনুংদা মখূৎ থিল্লগা ইঙ্গিৎ তৌই)*

ভগবন্ত : *(হঙ্গোইরপ তৌনা)* অদোমবু করিগী থবায় নুংঙাইবিদ্রিবনো, অদোমবুসু ঐনা হরাওহল্লগা হনখিগদৌরিবনি। *(মহাক্কী মখূৎ পায়রগা)* অদোম অমুক্তা মনুংদা চঙবীয়ু...

মাহিরঅলী : য়ানি ময়াম ফম্বীয়ু...

ভগবন্তসিংহ : অদোম হান্না অমুক্তা ফম্বীয়ু *(হরনন্দন্দা য়েংলগা)* য়ানি সোমসু ফম্বীয়ু।

মাহিরঅলী : সাহেব অদোমবু করিগী ফম্বীদ্রিবনো? *(খোঞ্জেল থরা হৌরপ্না)* মফমসিগী থৌরাংদি লোইজরে। ময়াম তৃমিন্না ঙাইহাক্তা ফম্বীয়ু। *(ভগবন্ত অমসুং হরনন্দন চেকশিন্না ফম্মী)* হায়বীয়ু পুবিরক্লবরা ?

ভগবন্তসিংহ : *(হরনন্দনদা ইঙ্গিৎ তৌরগা)* অহোয় পুজরক্নে। সাহেবপু...
*(মাহিরদা য়েংই)*

মাহিরঅলী : সাহেবশিংদি মখূৎনা লৌনদে *(মখূৎ থিন্দুনা লৈমায়দা ইঙ্গিৎ তৌদুনা, খুদক্তা অমুক মখূৎ থাঙ্গৎলগা)* অতৈ-অতৈ ৱারী শাননবা খরদি দরকার ওই। হিসাব পাল্লবা নুমিৎতুদা...। নুমিৎতুগী ওইনদি খূৎনা লৌরোই। এ! পুথোকপীদ্রিবা করিগীনো? টেবল মথকসিদা হেক্তা থম্বীয়ুনে।

*(ভগবন্তসিংহনা তুমিন্না হরনন্দনদা ইঙ্গিৎ তৌই। হরনন্দন চৌক্রিদা ফম্লমবদগী খজিক্তং হৌগৎলগা ফুরিৎ পুময়াৎ মনুংদগী মখূৎ অনীনা করিগুম্বা অমা কিশি থোকপগুম তৌই অদুগা রুমালনা য়োম্বা শেল মপুন অমা টেবল মথক্তা থমই। ভগবন্তসিংহনা রুমাল ময়োমদু থোক্লগা শেলদু টেবল মথক্তা থমই।)*

ভগবন্তসিংহ: *(মাহিরঅলীদা চিংনরপ য়েংলগা)* অমুক্তং থিবীয়ু ...

মাহিরঅলী : *(ভগবন্তগী মায়কৈদা মূন্না য়েংলগা)* কয়ানো হেক্তা হায়বীয়ু ?
মফমসি য়ৌরক্লবদা অদোমনা নমথাক তৌবদি য়ারোই। নমথাক্কী থবকসিদি অদোমনা খুঙ্গৎদতা তৌজবনি। খাজনা লৌবা মতমদা অমদি মরী মতাশিংদা...

ভগবন্ত : লিশিং তরাগা চামণ্ডা...

মাহিরঅলী: য়ারে, অদুদি চামণ্ডা অমগা...

হরনন্দন : *(মোমোন নোক্লগা)* চামণ্ডা অমদি অদোমগীনি।

মাহিরঅলী : ঐগীবো ? চামণ্ডা হায়বা ?

হরনন্দন : অহোয়, অদোমগীদমক্তনি। *(ভগবন্তগী মায়কৈদা ইঙ্গিৎ তৌরদুনা)* অদোমনা বাবু সাহেবপু করম্না খনবিবগে?

মহাক্কুম্বা পৃকচেল চাউবা মী লমদমসিদা লৈরম্মোই। অশেংবনি সাহেব অদোমনা হৌজিক সাহেবকা নক্কনা তিন্নরমখিরোই, নংত্রবদি অদোম্মা সাহেবকী মরমদা খওবীরমগদবনি। মাগী মরমদা খওদবা ওফিসার অমত্তা লমদমসিদা লৈরম্মোই। লুপা লাক্ষ কয়ামরুম মহাক্কা ওফিসারশিংগীদমক্তা খরচ তৌখ্রবনি।
*(মাহিরঅলীগী মায়কৈরোমদা য়েংলগা মোমোন নোকই)*

মাহিরঅলী: *(ঙাইহাক খল্লগা)* ফরে মদু তোঙান্না থম্বীরো।
*(হরনন্দননা নোট মঙাখক লৌথোক্লগা তোঙান্না থমই)*

ভগবন্ত : চাম্ম-চাম্মা চৎপীদু চাম্মনি। *(হরনন্দনগী মায়কৈদা য়েংলকই)*

হরনন্দন : অহোয় *(মাহিরঅলীদা য়েংলগা)* য়ারে লৌশিনবীরো।

*(মাহিরঅলী হৈনিংদনা নোট মঙাদু মাগী ফুরিখাউদা হাপচিল্লি। অদুগা লেমহৌবা নোটশিংদু মখূৎ অনীনা পায়রগা য়াম্না থুনা ইমুংদা চঙখিরম্মী। খূবাক্তা মৈতাল অচাকপা পুরগা য়াঙনা চেনবগুম তৌরম্মী)*

হরনন্দন : সাহেবতা মহাক্কী মরমদা ব্লাকৎপা চুমগনি। অঙাং মানসু অকন-অথৌ শারিনে।

ভগবন্ত : *(ঙাইহাক খল্লগা)* করি হায়নবু হায়সিগে ?

হরনন্দন : কনাদবো ?

ভগবন্ত : সাহেবতনিদনা কনা ওইগনি ?

হরনন্দন : অদোম তূমিন্না অমুঙ্কা ফম্বীয়ু। ঐহাক্না খূদিংমক তমজন্নি। চহী চুপ্পসিদা অসুক য়াম্বা তলবসি ফংবা ঙমত্রিবনি। হৌজিক করি তৌবা তাবগে?

ভগবন্ত : নঙোন্দদি থাজবা থম্বনি, নংত্রবদি নুপামচাদুনা নহান্না ঐগী ইজ্জৎ মাঙহল্লন্নগদবনি। অসুম্নসু হায়বা য়াইনা (*মঙোন্দা যূন্না য়েংলগা*) নঙদি মাগী মখুরানি... মহাক্কী মপাগী মাম্মগী মচানি অদুগা নহাকসু মহাক্কী লমচৎতু পামদ্রিবনি, চুমদ্রনে হায়রিসিবো?

হরনন্দন : ঐগী ইচানুপা অনী লৈ... করিগুম্বা অদোমগী মফমদা ঐগী থম্মোয়দা নমথাক তৌগে হায়না খনবা ওইরবদি মখোয় অমত্তা মী ওইদসনু। মরী মতা ওইবগী চিংনবদুসু ঐঙোন্দা লৈজদে। মরী-মতা ওইরম্মী, ইয়াম্বা হিংলিঙে মতমদা। মতমদুদা ঐঙোন্দা করি পীরকখিবগে। হৌজিক ফিভম চাদ্রবা মতমসিদা... মশাগী ফাওবা অরেপ্পা লৈত্রবদুদা, ঐঙোন্দা করিনো পীগদৌরিবা?

ভগবন্ত : (*মোমোন নোক্লগা*) নঙগী যূমদুবু মঙোন্দগী লৌবা উনা শাখিবা নংত্রো ? (*অমুক মোমোন নোকই*)

হরনন্দন : হেন্না অদোমসু... শিশম পাম্বী অনীগীদমক অদুম হায়না হায়রবা ... মদুখক্তুদি অদোম্না থানাশিংদুদা পীথোক্লিবদুনি।

ভগবন্ত : ঐহাক্না দলিলগী মরোলদু শেমদোক্লগনি। নহাকসে ঐগী অশেংবা নক্লবা মরী-মতানি হায়না লৌরগনি। মরী তৎনরে হায়বা খঙলরোই, যূমসিদা খঙলবসু, যূমদুদদি খঙলরোই। যূমদুগীদি কয়া পীগদবনো ?

হরনন্দন : অদোমদগী লৌবা লুপা লিশিং অমদু পীত্রবনি। (*ওাইহাক খল্লগা*) লুপা লিশিং অমনি অদুগা শেন্দোয়না লুপা ১০০ নংত্রগা ১৫০ রোম ওইগনি।

ভগবন্ত : হন্দকমুক চৎলবদি লুপা লিশিং অমগা চামগা অমুক্তা পুখো... বঙ্গলোগীদমক সিমেন্ট লৈশিল্লু অমসুং থোঙবা পানশিল্লু। মদুনা ময়ামদু কোন্নরগদ্রা...

হরনন্দন : ফজনা কোন্নরনি। মসিনা ময়ামদু লোয়না য়াররনি, য়ুমগী হিসাবসু শেংদোকখ্রনি অদুগা বঙ্গলোগী থবকসু লোইশিল্লনি।

ভগবন্ত : নঙগী ননাক্তা লাক্লবদি করিগুম্বা খরদি পীজ-পীথক তৌবা য়াবনি। খৎনবসু লোয়শিনবা ওমগনি।

হরনন্দন : হোয়, য়ারম্বনি। অদুবু অদোম্না মুন্না খঙবীদ্রে। চহী ১৮ শুরবা নুপামচাদু শিংবদদি অদোমদগী থোইদোক্লা তাবা নত্তে। হন্দকমুক্তি লৈ-চন্দনদা ঐহাকসি মহাক্কী য়েক্লবগী মীচংদা লৈ হায়বসি মীয়ামদা উৎনবগীদমক... মদুদসু মরী অদু থদৎপা লৈত্রি... ঐগী ইচানুপাগী লৈ-চন্দনদা অদুম্মক লাকই। নুপী ময়ূমদা চৎলি... অহিংগী পুংজা খরা হৌখ্রবা মতুং ফাওবদা... লৈ-চন্দনগীদমক শেম শারম্মী। ঐদি মহাক লাক্লরোই খল্লম্বনি। মফমদুদা লাক্লম্মী, অদুবু ঈশিং ফাওবা থকখিদে... লৈ-চন্দনগী মতম য়ৌরক্লবদা মশামক য়ূম্বু অমগুম্না শুমাংদা চঙশিল্লম্মী। *(নোকফেং তৌরগা)* ঐনা চঙশিল্লগা য়েংলুবদা শুমাংদা ফক থাদুনা লৈরম্মী, থবক শুরিবা মীশিংদুদা থবক্তু থুনা-য়াঙনা তৌনবা ঙাঙবা শকপা তৌরম্মী... নুপীশিংবু থৈদোক- থৈজিন তৌহন্দুনা মাঙ্গোন্দা পর্দা খল্লম্মী। মহাক্কী থবক্তি ভূটনা তৌবগুম্না ওম্বোক্লা য়াঙত্রপোৎনি খঙঙেদনা? *(বা ঙাঙনা-ঙাঙনা থবক খুদিংমক লোয়শিল্লম্মী। রামনাথপু মখুৎমক্লা মফি মরোল শেৎচিনবীরম্মী। অদোমগী নাক্তা মী থারুরগা হল্লক্লম্মী। টুপীদু কদায়দনো থিবা খঙলমদে। ঐহাক*

*করি তৌগদগে হায়দুনা চিন্তা তৌরম্মী.. মহাকসু টুপী থিফম খঙদ্রবা অদুদা মশাগী থরানমিচাক হৎপা কোইয়েৎ অদু মাগী মকোক্তা য়েংশিনবীরম্মী, ইন্নফি অমদি মশাগী খুদোপসু মঙোন্দা পীরম্মী।)*

*(তূমিন্না লৈরগা ভগরন্তগী মায়কৈদা য়েংলকই)*

ভগরন্ত : মহাক লাক্লমদবা তারবদি নহাক্কী ইজ্জৎতু...

হরনন্দন : হোয়, ইজ্জৎ মাঙবা মাঙদবা... অদুবু লেম্বা হায়বদুদি ওইররোই। ঐগী রাখলদদি সাহেবকী খোঙ পায়রগা মহাক্কা সন্ধি তৌবীনবা হায়জরুরসিরা হায়না খল্লম্বনি।

ভগরন্ত : এ ! হৌজিক্তি ইচাদু নুংশিরক্লবনিনে। ঐহাকপু হৌজিক মাগা তাইশিন্নবা? উপায় লৈতবদগী মহাক্কা তাইশিন্নরে হায়নবগীদমক্তনিনে। ঐদি শুগায়গা হাৎকদৌরিবনি। মপাদগীসু চহী তরামঙা হল্লিবনি। অদুগুম্বা অঙাংমচাদুগা ঐগা তাইশিন্নগদরা ? ইচানুপা পোক্লম্বা তারবদি ইশূমক্লা মাগী চহী লেঙ্গা ওইরনি। পাট্টাদারগা হরাইগা অনীসিদি য়ারিবমখৈ তোয়হনগদবনি। হরাইনা মুল্লিবমখৈ হাউবনি অদুগা পাট্টাদারনা মাঙল্লবা মতমদা দখল তৌবা নুংঙাইবনি। ঐগী পূক্সিদা লুপা লাক্ষ অনীগী লৌ-ইংখোল লৈশিল্লে, অদুগা শেল ওইনা লুপা লাক্ষ অমসু তুংশিল্লে, ঐঙোন্দা ওনখৎতুনা ঙাঙবগী মাগী করি মতিক লৈগনি ?

হরনন্দন : অঙাং ওইদুনা তৌরিবনি। যুম্বদু শিখিবা চহী অমসু ফাদ্রি। খুঙ্গং কয়াদা লৈরিবা অদোমগী লৈহাও চেল্লবা লৌফমশিং অদুদসু মাগী শরুক য়াওরিবনি, লমশিংদুদি মহাকসু লৌ উজবা য়াইনা।

ভগবন্ত : ঙসি লুপা লিশিং তরা পীরিবসি মদুগীনিনে, মখোয়গুম্বা করিসু লৈতবা লাইর-চুদৎনবা পাট্টাদারশিংদুদা লৌদু উহনগদ্রনে ? লোক অমদা কৈ অনী কূনবা য়াদে। ঐগী য়ুমদা মীনাইশিংনা থবক তৌরি, মাগীদসু থবক শুহনগদরা ? অংগ্রেজি খরা তম্লুরগা পুস্ত্রিদগী ঈশিং শোকপবু ইকায়বা হৌনব্রা ? লুহোং খোংদোংবদা মীনাইশিংনা থবক শুরি, ঐনা মদুদা থিংঙুবা লৈতে। হৌজিক্তি মদুসু তৌহল্লরোই। পাট্টা শেৎতোকহল্লো, নঙদি মাগী মখুরানি। *(পীশুম শুকতোক্লুনা মঙক হাইরদুনা)* মাগী মপাগী মাম্মগী মচানি, নঙগী ননাক্তা অফবা পুংফমদা লাকখিবনি, নঙগী নচানুপাগী চচাব্রা[১] নুমিত্তনি। নঙোন্দগী মানা ঈশিং ফাওবা থকখিদে। অতোপ্পা মীওই তরা-কুনলোমদি নঙগীদা চাক চাখি, অদুগা মরী-মতা ওইরিবা মানা চরা হেল্লগা চৎখি। মরী-মতাবু য়াম্লমক নুংশিবীরবদি মঙোন্দগী লৌরগা ঐগী শেলদু শিংবীরকউ, অদুবু মাগীদি চানিংঙাই ফাওবা লৈত্রবনি। অদু নৎত্রগা তূমিন্না ঐঙোন্দগী লৌরগা অতোপ্পশিংদা পীয়ু অদুগা ঐনা হায়বগুম্না....

হরনন্দন : *( চেকশিন্না)* ঐদি খূদিংমক শেম শাজরবনি। ঐগী ইনাক্তদি মহাক লাক্লরোই... লাক্লবদি মাগী চাক্তুদা .. *( খঙহৌদনা তূমিন্না লৈ)*

ভগবন্ত : *(হরনন্দনগী মরেংবান্দা মখূৎ পায়রগা অতম্পা খোঞ্জেন্দা)* করিসু কায়দে, নঙনা মঙোন্দা হূ পীজবা নুমিত্তুদগী... হোয়নে, নুমিৎতুমক্তদা নঙগী নয়ূমদা সনা-লুপা ময়াম পৈরগনি। সংসারসি মীপুম খূদিংমক মাগী-মাগীতা খনবা ঙাক্তনি। *(হরনন্দনগী মায়থোং লাংশিল্লি, মুরারীলাল চঙলকই। ভগবন্তসিং অমসুং হরনন্দনসিংহ চৌত্রিন্দগী হৌগৎলকই)*

---

১ চচাব্রা : লুহোংবদা মনেম মকুনা কন্যাদা পোৎ চৈ পীবগী থৌরম।

মুরারীলাল : *(মাঙদা চঙশিল্লগা মখূৎ থাঙ্কৎলগা)* ফম্বীয়ু, ফম্বীয়ু, *(মখোয় অনীবু মথং-মথং মখূৎ শোক্লরগা চৌক্রিদা ফমথে)* রায় সাহেব! ফম্বীয়ু সোমসু। *(হরনন্দনগী মায়কৈদা মখূৎ থিল্লগা)* সোম্না কনা ওইরবনো?

ভগৱন্ত : সোমনা ঐগী মাম্মগী মচানি।

মুরারীলাল : *(চৌক্রিদগী হৌগৎলগা)* ময়াম ফম্বীয়ু। *(মখোয় অনী চৌক্রিদা ফম্মী)* অদোমগী অশেঙবা মাম্মগী মচা... *(হরনন্দনলোমদা য়েংই)*

ভগৱন্ত : অহোয় সাহেব, অমরোমদা অশেংবনি হায়বা য়াই... ঐগী ইখুরা অমগী মচানি... মীরোল মরিদং তোঙানবা... ঐগী ইথৌ অমদি মাগী মথৌ অশেংবা পোকমিন্নবা মচিন-মনাওনি। ঐনা মহাক্তবু পোকমিন্নবা ইনাওগুম্না খঙ্খি অদুগা মানসু কৈদৌঙৈদা ঐঙোন্দা শাউখিবা লৈতে। *(স্বর শাংনা চিংশিল্লগা)* লাইবক থিবদগী হৌখিবা চহীদা মহাক খঙহৌদনা নারক্তুনা লৈখিদ্রে... ঐঙোন্দগী চহী তরামঙারোম নৌগনি... মহাক লৈখিদবসি ঐঙোন্দদি *(তুমিন্না লৈদুনা মথ্বায় নুংঙাইতনা মঙোন্দা য়েংই)*।

মুরারীলাল : ইমুংগী মরুওইবা মীশক অমা লৈত্রবদি ঝাবা তাবনি। অদুবু কনানা করি তৌবা ঙমগনি? সংসারসিদা কনাসু মপুঙ ফানা নুংঙাইনা হিংবা ফংদে। মসিদি সংসারগী লীলানি। হৌজিক মাগী য়ুমদু করম্না পাল্লিবগে ?

ভগৱন্ত : *(হৈনিংদবা খোঞ্জেলদা)* চহী তরাতরেৎ-তরানিপালগী নুপামচা অমা লৈরি ...

মুরারীলাল : হৌজিক্তি মহাক লাইরিক তল্লমখিনিনে ?

ভগবন্ত : তমদ্রে সাহেব ... অদোম্না মাবু ব্রায়েলশঙদা উবীরম্লগনি... ঐবু ব্রাহল্লিবসি মহাক্তুনর্নি। মতম চূম্নদা কে- মৌদুনতা লৈথোকই.. যুমদা চাবা-চাদবা খঙদে। অংগ্রেজী ফেসন তৌদুনা কোইদুনা লৈথোকই.. নম্বর ব্রান বদমাস হায়বদু ওইরবনি।

মুরারীলাল : চুম্মী সাহেব ! লৈববুদি য়াম্না নুংঙাইনা লৈরি অদুগা মাগী ব্রাকৎসু ঐনা তাব্রবনি। *হৌজিক্তি (খরা খল্লগা)* নুমিৎ কয়ানি *হৌখ্রে, মফমদুগী থানাশিংনা হায়রম্বনি... চে-চাং য়েংশিনবা* লাকপদসু কানুনগোনা হায়রম্লবনি। *(হরনন্দনগী মায়কৈদা য়েংলগা)* অদোম্না মাবু করিগী থেমজিনবীদ্রিবনো ? অদোমবু মাগী মরী-মতা নৎত্রনে?

ভগবন্ত : মঙোন্দা হংবীয়ু সাহেব। মহাক্নদি মহাক্কী মায়োক্তা ব্রা অমত্তা হায়রোইদনা ? ঐহাক্তি অমরোমদা মতমদুদা মহাক্কী য়েক্ল বনি। মহাক্কী মপাগা ঐগা করম্না লোয়নখিবগে হায়বসি মীপুম খূদিংনা খঙলিবনি । কৈদৌঙৈদসু করিগুম্বা মখল অমগী ব্রাকৎ অমত্তা ব্রায়েলশঙগী ফম্নাইবশিংদা তৌখিদে।

মুরারীলাল : *(মোমোন নোক্লগা)* অদুবু ... মাগী মপাগী মমিংদু রমাপতি হায়বা নৎত্রা ?

হরনন্দন : অহোয় সাহেব...

মুরারীলাল : অদুবু মহাক্তুগদি অদোমগা তিন্নবা য়াখিদবা নৎত্রা? লুপ্ত্রাবীদুগী ব্রাফমদুদা ফংফম থোকপদু মহাক্না ওইখিবনি, মহাক্না অদোমগগী মরক্তা হায়কোর্ট ফাওবা কেস তৌর্নাখি, মদুদা লুপ্ত্রাবীদুগী ফংফম থোকপগী মতাংদা বান্ন অমা পীগ্রবনি।

ভগবন্ত : *(কিরপ তৌনা)* অহোয় সাহেব, মদুদি অথিকারগী ব্রাফমনি।

মুরারীলাল : *( মোমোন নোক্লগা)* ফংফম থোকপদু কনানো হায়বসি অদোম হান্না খগুবীদবরা ? অদোম্না নংত্রগা মহাক্লা? করিগীনোনে? অদোমদি শাগে-জাৎ অৱাংবা গাক্তনি। ময়াম পুম্নমক অমগা-অমগা ভাব তামিন্নবা চুম্বনি।

ভগবন্ত : *(কিরপ্না)* অহোয় সাহেব ...

মুরারীলাল: *(হরনন্দনলোমদা)* অদোম্না নুপামচাদুবু থেমজিনদ্রিবা করিগীনো?

হরনন্দন : *(তৌফম খগুদবগা লোয়ননা)* সাহেব, ঐহাক হোৎনদুনদি য়েংবনি, অদুবু নুপামচাদুনা য়াবা মরৈতে। ঐহাক্তি চষ্টী অমরোম শুরে মাগী ময়ূমদা চৎলূদ্রে। ঐনা হায়বসু মানা লৌদে।

মুরারীলাল : *(ভগবন্তসিংহদা)* মহাক্লা পাম্লিবসি করিনো ?

ভগবন্ত : *(গাইহাক খল্লগা)* মহাকপুরো সাহেব ? গাঞ্জা থকই, লম-ওহ্নেব্রে হেনম্রে।

মুরারীলাল : ফরেনে, মহাক্লা অদোমগী করি মাগুনবা তৌগ্রবগে ? অচৌ-অশাংগী ইমুংদসু অসিগুম্বা অগুাং পোকপা য়াওই । অদুবু উপায় অমা তৌদুনা লোয়নবা তাবনি। মহাক্কী ফত্তবদুদি অদোম্না লোৎশিনবীগদবনি। মসিদা অদোমগী মাগুজবসু য়াওরিবনি।

হরনন্দন : সাহেব মাদি লৌশাল থোম্বগী থবকসু চত্থরি। কৈথেলশিংদসু ফিরোল কয়া মৈ থাদোকই।

মুরারীলাল : মদুদি সরকারনা মরাইনা তৌজগনি।

ভগবন্ত : *(নুংশা থীনা)* সাহেব, ঐদি মাঙজরবনি।

মুরারীলাল : মানা গাঞ্জা থক্লগা অমদি লৌশাল থায়রগা অদোমদা করি মাঙজরিবনো, ঐদি জ্ঞান তাদ্রে।

ভগবন্ত : হন্দক্কী চহীসি ঐহাক লৌশাল ফংলোইদৌরি।

মুরারীলাল : অদুবু জমীন্দারগুম্মদি লৈরিদনা ? মাগী ফংফম থোকপদুসু মানা লৌদ্রবরা ?

ভগবন্ত : সাহেব... *(ঙাইহাক লেপ্লগা)* শুপ্পগী ঐগী লৌশান থিংজিনবতনি।

মুরারীলাল : *(ঙাইহাক খল্লগা হরনন্দনদা ইঙ্গিৎ তৌরগা)* অদোম য়ারগদি মপান্দা অমুক্তা লেঙথোকপীয়ু। ঐহাক *(ভগবন্তসিংহদা ইঙ্গিৎ তৌরগা)* সোমগা য়ারী অমত্তা তৌজগে। *(হরনন্দন থোকখি)* রায় সাহেব !

ভগবন্ত : সাহেবপু ...

মুরারীলাল : মহাক নুপামচানি অদুগা অদোম্না অহল ওইরেদো ...

ভগবন্ত : সাহেব ...

মুরারীলাল : অদোম ইশামক্কা য়াখল মূন্না তৌবীয়ু।

ভগবন্ত : *( হিক হিক লাউবা খোঞ্জেলদা)* ঐগী ইজ্জৎ মাঙলে সরকার! লৌউ-শিংউবা খুদিংমক লেপ্লে। হৌজিক্তি ঐহাক শিবা নংত্রগা মহাক শিবা ...

মুরারীলাল : *(খংলদুনা)* অদোমবু মী হাৎকে খল্লবরা ?

ভগবন্ত : ঐনা পাম্মী... মাগী মখোঙ-মখুৎ থুদেকপা। মহাকসু খরা খঙজনবা...

মুরারীলাল : অদোম্মদি ঐনা মাবু থেমজিন্নবা, কিহন্নবা অমদি খওহন্নবা হায়বিরি। মরাইনা কিজরনি, অদোমগী লম্বীদা খুরৌ থাংবা

ভগবন্ত : সাহেব ! *(মীপাইবগা লোয়ননা মঙোন্দা য়েংঙি)*

মুরারীলাল : নুংশা থীবীরুগনু। ঐনা মাবু জ্ঞান তাহন্নবা মতম খরদি পীবিয়ু।

ভগবন্ত : *(ত্তনীকপা খোঞ্জেলদা)* অদুবু সাহেব *(মীপাইনা মঙোন্দা য়েংঙি অদুগা অমুক লৈমায়দা য়েংঙকই)*

মুরারীলাল : (খংলদুনা) করি তৌরবগে সোমবু ?

ভগবন্ত : *(স্বর থবেং-থবেং হোল্লদুনা)* হৌজিক করি তৌবা তাবগে সাহেব?

*(অকিবা মিংয়েংনা মঙোন্দা য়েংঙি)*

মুরারীলাল : *(মঙোন্দা শংত্রিক য়েংলদুনা)* এ! নশাদু নীক্লিবদি করিগীনো? নহাক্কুম্না মীওইসি ঐহাক অমুক্তা উখিগ্রি। অরেম্বদা নুপামচাদুগী মথ্বায় লৌবা করিগী পান্নিবনো? নগী শাগৈদা পোক্লবনি। মাগী মপাসু শিখিবা চহী অমরোমতা ঙায়রি... নগী ব্রাখলদুদি হিংচাবগী লীচৎনি... নওদি তাইশিন্নৌ হায়বসু য়াদে।

ভগবন্ত : হা ঈশ্বর ! *( হৌগৎলগা মাগী মখোঙদা তুরদুনা)* হৌজিক করম তৌগনি সাহেব? হৌজিক ফাওবদদি তৌবা য়াবা থবক খুদিং তৌরম্লগনি।

মুরারীলাল : *(খংনা হৌগৎলদুনা)* করি তৌরম্লগদগে?

ভগবন্ত : হৌজিক ফাওবদদি মহাক শিরম্লগনি... সাহেব ..

মুরারীলাল : শিরম্লগনি হায়বা ? করম্না শিগদৌরিবা? করিগী ?

ভগবন্ত : নুমিৎতুদা সাহেবনা হায়বীখিবনি।

মুরারীলাল : ঐনা হায়খি হায়বা ? করিনো হায়রিবদো চিন্থিবা? নৌ-ইংখোল য়েন্নবদা ননাও নুপাগী মচাদু হাৎতোকউ হায়খিব্রা? ঐনা মী হাৎলু হায়খিবরা?

ভগবন্ত : *( স্বর কন্না হোল্লগা)* হৌজিক্তি হৌখ্রে সাহেব! হৌজিক করি তৌগনি? হায়বীনিংবদু হায়বীয়ু ? ঐহাক য়াজরে।

মুরারীলাল : করিনো য়াজরিববু ?

ভগবন্ত : ঙসি পীজরিবা অদুগুম্বা অম্মগা অমুকসু ...

মুরারীলাল : *(খজিক্তং খল্লগা)* অদুদা.. ফরে মদুখক্তনদি য়ারোই, মদুগুম্বা শরুক মরি.. শরুক মরিদগী তাবা য়ারোই।

ভগবন্ত : অদুক য়াম্বদি নৈজদে। *(মঙোন্দা য়েংস্তি অমুক খঙহৌদনা লৈমায়দা ফন্নগা মহাক্কী মখোঙ পায়)*

মুরারীলাল : *(মহাকপু খোঙনা ইন্থোক্লগা)* মদুদগী তাবা য়ারোই। পৃথিবীসে হোগায়গেরা, অতিয়াসে খিনগায়গেরা... তৌনিংবা তৌ, মদুদগী তাবদি য়ারোই। *( ঙাইহাক খল্লগা)* ফরে, চৎখ্রো চৎলু। য়েংউকো, অদুম হায়না তৌবদি য়ারোই। নুপামচাদু অশোক অপন নঙহনবদি য়ারোই। চেকশিল্লুকো... ফৈ, ফৈ অদুম হায়নকা তৌবা য়ারোই। ঐনা ম্বায়েলশঙদা নুমিত্তুদা উখি.. করিগুম্বা ঐগী ইচানুপা ওইরম্লবদি মহাক্কী ফজরবা মায়থোং অমদি মণিগুম লংলবা মমিৎ... অমুখক্তি মফমসিদসু লাক্লম্বনি... হোয়নে নীংশিংলক্লে। নত্তে, হৌগৎলু। *(ভগবন্তসিংহ হৌগৎলি)* চৎত্রো চৎলু... থোকত্রো। মাবু শোকহনবা য়ারোই.. করিগী লেপ্তুনা লৈরীবনো? করিগী চৎত্রিবনো? *(ভগবন্তসিংহ মফমদুদা লেপ্লগা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈ। মুরারীলালগী মায়থোংদু অশাউবা অমদি চিংনবনা ঙাংশং ঙাংলি।)*

মুরারীলাল : নুঙগী মূর্তিগুম করিগী লেপ্লীবনো ?

ভগবন্ত : *( লং-লং লাউবা খোঞ্জেলদা)* ঐনা মীশিংদুদা হায়রম্বনি... হৌজিক ফাওবদদি হাংতোক্লম্বসু য়ারে।

মুরারীলাল : *(মথায় রানা)* ও ! মসিনা অনীশুবা মীহাৎ ওইরবা? অনীমক অকিবগী মশক্তি। *( টেবলদা নোম্বুরগা মখুৎনা মকোক্তা থম্লগা)* চংস্রো চংলু... গাড়ী তোংদুনা চংখো অদুগা হৌজিক ফাওবদি করিসু তৌরমদবা য়াই... করিগুম্বা ঈশ্বরনা চানবীবা তারবদি... চংত্রিবরনে হৌজিক ফাওবা পাপী নঙবু *( শাউবনা লুতোন কাখিদুনা মশাদু নীকই। ভগবন্তসিংহ মপান্দা থোকখি। মাহিরঅলী ইমুংগী থোঙলোমদগী থোরকই।)*

মাহিরঅলী : চাক লোয়জরে সাহেব !

মুরারীলাল : *(চৌক্রিদা ফম্লগা তুংলোমদা মকোক্তু নোম্বুরগা)* মাহির...

মাহিরঅলী : *(মনাক্তা চঙশিল্লগা)* সাহেবপু..

মুরারীলাল : করম তৌগনি? *( স্বর শাংনা হোল্লি)*

মাহিরঅলী : *(ঙকপগা লোয়ননা)* করি নুংঙাইতবা লৈবীবগে ? করি তৌরবগে সাহেব...

মুরারীলাল : বদমাসসিনা মাবু হাংতোকপীরে!

মাহরিঅলী : কনাবু ?... কনানা ? কৈদৌঙে, ঐহাক্তি করিসু খঙজদেবু... করিনোনে ?

মুরারীলাল : রায় সাহেব অসিনা... নুপামচাদুবু, নোংমা সিদা মাগী মরমদা রাকৎপা লাক্লম্বদো... মাবু ঐনা চৈখিবনি... মহাক্কদি ইচম চম্না অসুম্না হায়রম্বনি.... 'ঐহাক্না করিগুম্বা শিবা তারবদি মদুগী দায়িত্ব সাহেবনা পুগদবনি।' মহাক্না হায়রম্বদো অচুম্বনি হৌজিক্তি ঐহাকসু খঙলে।

মাহিরঅলী : *(মথ্বায় ব্রানা)* হাৎতোকহল্লবা? হৌজিক ফাওবা ফাবা ওমিত্রিবরা ? রায় সাহেবনিনে, ওনরেরি মাজিষ্ট্রেটনি.. ফাবসু ওল্লরোই.... শেল লৈরবদি য়ারে। মীহাৎপা লোৎশিনববু করি লুবগে? মাগী নৌরিবী নুপী অমদি মমা হনুবীদুনা করম তৌরমগনি। সাহেব... মখোয়গী পৃক্সিদু করম লেনগনি? *(লৈমায়দা ফমথে)*

মুরারীলাল : মদুদি ঐসু খল্লিবনি... মাহির..

মাহিরঅলী : মহাকপু হাৎতোকপীত্রনি হায়না ঐদি হান্না হায়জত্রবনি। অদুদি মাবু হাৎতোক্লগা মফমসিদা লাক্লিবরা ?

মুরারীলাল : মাবু হাৎননবা বদমাশশিংদা শিন্নরল্লগা লাক্লিবনি অদুবু ঈশ্বরনা কনবিবসু য়াই।

মাহিরঅলী : মহাক নুমিৎতুদগী হৌনা হিংচাবসিগী থবক থৌওংদা মিপায়রদুনা কল্লগা নোকপগা য়ান্নখিবদো ঐদি কাউবা ওমিত্রি। য়াম্না অণ্ডাং ওইনা ইমুংগী পোৎলুম পুবা হৌরে। সাহেব, হিংচাবা অসিগা নুপা-মচা অদুগা নক্লবা মরী মতা অমা লৈরম্মী... মহাক্লা রায় সাহেবতগী শেল খরা পূরম্মী। হিংচাবগী মচাদুনা সাহেবতা নহাক নুপামচাদুগী মরী-মতানি হায়য়ু হায়না ইনশিনবদু ঐগী ইনাকোংসিনা তাখি... মাগী মপাগী মাম্মগী মচানি... নওনা হায়রবদি সাহেবনা থাজ্জগনি...

মুরারীলাল : অং... শোয়দনা ব্রাফমদু চুমগনি। মাগী মায়থোংদুদা মীফত্তগী মমি তারি। মহাকসু রায় সাহেবকী শেনফমদু শিংলল্লরোই হায়না খল্লি। মীওইবনা মশাগী কান্নবগীদমক ... মসিগীদমক মীওইবনা করি তৌদবা লৈবগে? *(ফুরিৎ খুদাং তাখৎলগা)*

য়েংঙু ঐদি তু চুংলবনি.. কোকসু ঙাওবগুম তৌরে... করি খল্লিবগে ... করিগুম্বা মহাক শিখিবা তারবদি মদু ঐগী মরমদগী...

মাহিরঅলী : ঐদি হান্না হায়জখিবদুনি। মহাকতু অদোম্মা মরম ওইদুনা শিখিবনি। নৎত্রবদি আইনবু কিবদগী মীফত্তসিগী থৌনাদু অদুক হাক্লা লৈবপ্লোইদবনি।

মুরারীলাল : *(চেকশিন্না)* ঐহাক্লা মরম ওইদুনা নত্তে মাহির!... সংসারসিদা হৌজিক অফ-ফত্তগী রাখল লৈরক্তে। ঙসি মহাক্লা লুপা লিশিং তরা পীরে। লুপা তরা-তরা পীরগা শাক্ষিশিংবুসু মাঙহনখ্রগনি। অদুগা মহাক থাদোকখিবদা লুপা লিশিং অমা ফাওবা তিংলোই। হৌজিক্কালগী আইনসিবু অদুম্মা তৌদ্রনে'! মরাল লৈরবা মীদুদি দণ্ডি পীদ্রে। .. মরালদু লোৎশিনবা হৈত্রবা মীদুনা দণ্ডি ফংলি। অচুম্বনি... আইন হায়বদু মসিনি। মহাকপু হাৎনবা থৌরাং তৌরমলে হায়না মানা মরাল য়াজদুনা চৎখ্রে। করিগুম্বা মহাক্তু শিবা তারবা অদুগা ঐনা মাবু দণ্ডি পীনিংলবসু প্রমাণদি ফংলোইদৌরি। অসিগুম্বা ফিভমসিদা ঐগী পৃক্লিং হকচাং অনীমক্লা মাবু দণ্ডি পীনবা হায়গনি অদুগা আইননদি মাবু থাদোকখিনবা হায়রক্কনি। ঐহাক উপায় লৈতবদগী আইনগী রাকম ইনবা তাই অদুগা মহাকপু থাদোকখ্রগনি। ঐখোয় মীওইবা অমদি মীওইবগী অধিকারবু ঙাকশেন্নবগীদমক চৌক্রিদা ফম্বা নত্তে... ঐখোয়গী ইথৌদি শুগ্নগী আইনবু ঙাক্লা চৎপদুনি। মসিনি ফংত্রিবসি অদুগা মসিননি খূদিংমক থোকহল্লিবসে। মঙোম্দগী শেল লৌরগা ঐনা অরানবা তৌখিদ্রি। মঙোম্দগী ঐনা শেল লৌবদা

অকায়বা অমত্তা লৈতে। অসুম তৌনা মঙা-তরারক হন্না শীবা তাবনি... মহাক্কী অশাউবদু মতোমতা ঈংথজস্ত্রনি। চন্দ্রকলাদু খরা থারকউ...

মাহিরঅলী : অদুবু... চাকতি লোয়জরে।

মুরারীলাল : ঙসিদি ঐহাক চাক চাররোই.. ঐহাক মসিগীদমক্তা খনবদা বারে। করি য়েংলিবনো ? চংলো। অসুম্মা ঙসি চরা হেনবসিনা ঐহাক অপেনবা ওইরগনি। মীনুংশি অসি ফাওবদি ঐনা মাগী মফমদা উৎপা চুমগনি।

*(মাহিরঅলী থোকখি। মুরারীলালনা ফক্লাং ময়াদা লৈবা আলমাড়ী হাংদোক্লগা লাইরিক অমা লৌথোকই। লাইরিক অদু টেবল মথক্তা থম্লগা মদুগী চেনাশিংদু হাংদোক্লনা য়েংই। লমায় কয়ামরুম কোয়ফাক ফক্লগা লাইরিকতু অদুম হাংদোক্লগা টেবল মথক্তা থম্মী, আলমাড়ীদগী অতোপ্পা লাইরিক লৌথোক্লগা চেনাশিংদু প্রপ-প্রপ হাংদোক্লনা য়েংই। ঙাইহাক্তং টেবল মনাক্তা লেপ্লগা অংগ্রেজীগী বাহৈ খরসু মচীন্দা ঙাওলি। মুরারীলাল মীকুপ অমত্তংগী ওইনা য়ূমথকলোমদা য়েংই। মথংগী মিকুপতা লাইরিক্তু থাঙৎলগা কাদুগী লৈমায়থক্তা লংথোকই। লাইরিকতু হেক তাখিবগা 'ধোং' লাউবা খোঞ্জেল অমা থোরকই, অদুগা মহাক কাদুদগী মপান্দা থোরক্লগা মাঙ্গোল মখাদা কুমথরগা, ওয়রোমদা মমায় লৈরগা মরুমদা লৈশিল্লি।)*

*( মাহিরঅলী অমসুং চন্দ্রকলা চঙলকই)*

*(কাদুগী মায়কৈ মরিমক য়েংলগা)* কদায়দা লৈবগেনে ?

*(চন্দ্রকলা অকোয়বা কা অদোমদা চণ্ডশিল্লি অদুগা মাহিরঅলীনা অতোপ্পা অকোয়বা কা অমদা চণ্ডশিল্লি। টেবলগী মায়কৈরোমদা চণ্ডশিল্লি।)* লৈত মায়েদা ?

মাহিরঅলী : লৈতেয়ে। মহাক মথায় য়াম্না ৱারবনি।

চন্দ্রকলা : *( অতম্মা খেঞ্জেলদা ঈশৈ শকই)*

*খনফম খণ্ডদ্রে হৌজিকতি*

*ওইরি সিতারাম্না মপুদি...*

*(কয়ারক হন্না তপ্না তপ্না ঈশৈ মতেকসি শকই। মাহিরঅলী মাগী মায়কৈদা য়েংলকই)*

মাহিরঅলী : অদোমদি ঈশৈবু ওম্বোক্লা ...

চন্দ্রকলা : *(ঈশৈ ঙংবগুম্না)* ঐগী পূক্লিংদদি মহাক মীনম্বা ঙাঙবা নত্তে, তশেংনা অচুম্বদু হায়রিবনি হায়বসে পাবুংদা হায়শিরা হায়না খল্লি। মহাক্না নোক্লগা মঙোন্দা ৱারী শাবা... ফুক হৌগৎলগা চৎখিবা তারবদি কা অসি ইহাং হাংবগুম তৌরগনি। *(চীং লেম্না)* করিগুম্বা ঐনা নুপা ওইরম্বা তারবদি... অদু ওইরবদি (মাহিরঅলীগী মায়কৈদা মূন্না য়েংলগা) হোয় ঐনা করিগুম্বা নুপা ওইরম্বা তারবদি শোয়দনা হায়রমগনি অমদি মীফত্ত রায় সাহেব করম তৌবগে হায়বদু খণ্ডলমগদবনি... হিংচাবগী মতৌগুম মহাক য়াম্না ফত্তনা উরি। য়েংঙুনে মপান্দা...

*(মমিৎ খৎতুনা মপান্দা ইঙ্গিৎ তৌই)*

*(মাহিরঅলী থোকখি। ইমুংগী থোঙলোমদগী মনোরমা থোরকই। মনোরমানা চন্দ্রকলাদগী চহী অনী নৌই। মাগী মশাদু খরা পায়, অদুগা কয়া নোয়- পেন্দবগুম তৌই। মশমদু থাদোকই, কে মৌবা তৌদে অমদি ইফা ফারি। ওয়রোমদগী*

*শম চবুন অমা য়েংকী নাকোং ময়াদা থাদরগা মখাদা য়াম্বুরগা হাইদুনা লৈরি। মহাক্কী মমিংতু থোইদোক্লা তথক-তথকই অদুগা তরু-তরুই। পীশুমসু য়াম্না ফজে, পীকংগুম অনীমক য়াম্না নিংথীরম্মী। মহাক্কী কুচুদি লৈহাও লৈরেন মচুগুম্বনি। মনোরমানা মখূৎ অনীনা অয়েকপা লাই অমা পায়রগা মূন্না য়েংলদুনা টেবলরোমদা চণ্ডশিল্লি।*

মনোরমা মসিসু লৌরো লোইরবনি।

চন্দ্রকলা (*খংনা*) লোইরে হায়বা ? গুসিমক...

মনোরমা (*লাইদু মঙোন্দা উংলগা*) য়েংস্তু... মসিগী নংত্রা নঙনা ঐঙোন্দা অরোইবা পুংফমদুফাও থিংবা পামখিবদো?

চন্দ্রকলা অদুবু হৌজিক্তি অরেম্বা ওইরে। হৌজিক্তি মহাক সংসারসিদা লৈরম্লরোই।

মনোরমা ইস! করিনোনে হায়রিদুবো ?

চন্দ্রকলা ফৎত্রবা রায় সাহেবনা মহাকপু হাংতোকহল্লে !

মনোরমা (*মাঙদা লৈরিবা ফক্লাংদা মূন্না য়েংলদুনা*) হাংতোকহল্লে হায়বা? মহাক্কী মোমোন-মীনোক, মহাক্কী মীনোক্লুদসু মঙোন্দা থৌজাল অমত্তা পোক্তবরা ? ও ! হৌজিক্তি মহাক মপুঙ ফাবা মীশক হায়বদু ওইদ্রিবনি। মহাক্লবু অরানবা তৌরমগদ্রা? মহাক্লবু মীগী মাঙননবা তৌরমগদ্রা? (*অয়েকপা লাইদুদা য়েংলগা*) নত্তে... নত্তে.. নঙনা কদায়দা তারুরিবনো?

চন্দ্রকলা কদায়দবু হায়দোইনো? মহাক্লা পাবুংদা মশামক মরাল লৈরে হায়বা য়াজখ্রবনি অদুগা মদুগীদমক্তা লুপা লিশিং তরা পীরম্লবনি।

মনোরমা : *( চিংলেম্না)* ফরে, অদুদি মাগী মমল অসি শুপ্নগী লিশিং তরাখক.. ঐনদি নুমিত্তুদা মহাকপু য়াম্না অতাওবনি খনখি অদুগা কান্নদবদা লাই অসি য়েক্কুরে.... শুপ্নগী ইশাগী কলাগী চাংয়েংগীদমক্তনি। মমল য়াম্লবা কলাগীদমক্তা সংসারসিদা মফম লৈতে। অদুদি মসি হৌজিক করি তৌনগনি?

চন্দ্রকলা : ঐঙোন্দা পীয়ু... নংত্রগা ননাক্তা থম্মু...।

মনোরমা : ইনাক্তা থমগদবা? মৈগুম্লবা অসিবু? অদুগা নঙগী ননাক্তসু থম্লুনু... নঙ করি তৌগে হায়বনো?

চন্দ্রকলা : অদুদি করিদা শীজিন্নগনি ?

মনোরমা : মাহিরনা হায়রম্মী... *(ঙাইহাক খল্লগা)* মহাক লুহোংলবা নংত্রা?

চন্দ্রকলা : হোয়, অদুবু মহাক হোংঙমদবনা ফরম্বনি।

মনোরমা : মতৌ অসুম্না ঐসু লুহোংঙমদবনা ফরম্বনি।

চন্দ্রকলা : মসিদা করি অকায়বা লৈবগে ?

মনোরমা : ঐগীদমক্তদি অকায়বা লৈ। চহী নিপালদা ঙাইরিঙৈদা লুহোংখিবনি। চহী অনীগী মতুংদা মহাক শিদোকখ্রে। মদুদগী হৌজিক ফাওবদা চহী নিপাল হৌখ্রে। *(খঙ হৌদনা তূমিন্না লাই অদুদা মূন্না য়েংদুনা লৈ)*

চন্দ্রকলা : নহাক লুপ্তাবী ওইবগী অবাবদু লৈত্রবরা ?

মনোরমা : *(ঙক্লদুনা)* অবাবা .. *(চিং লেম্না)* পোৎতুগী মগুণ খঙদ্রিঙৈদা... পোৎতু লৈতবগী অবাবদু করম্না খঙগনি।

চন্দ্রকলা : নঙনা হায়রিবদো করিনো ?

মনোরমা : ঐবুরা? *(তূমিন্না লৈদুনা করিগুম্বা খরা খল্লি)*

চন্দ্রকলা : হোয়নে, হোয়নে নঙবুনি। নঙনা ঐবু জ্ঞান তাহনদ্রে।

মনোরমা : *(মোমোন নোল্লগা)* সংসার অসিদি ঈশ্বরগী মায়ামক্তি... অদুগা অমুক কদায়দগী মায়ানো?

চন্দ্রকলা : অদুবু ঈশ্বর অমদি মায়াগী রাফমসি কদায়দগী লাক্লিবনো? রাফম অমনা অয়েকপা লাই অসি করি তৌগনি?

মনোরমা : লাই অসি উপায় অমা তৌদুনা মাগী নুপীগী মনাক য়ৌহনখিবা ফৈ।

চন্দ্রকলা : অদুবু মহাক্তা করি তৌনগনি? মহাক করিগুম্বা লাইরিক হৈজদবী ওইরম্লবদি... মহাক্কী থম্মোয়নুংদা কলাগী রাখল চেল্লমদ্রবদি..

মনোবমা : কলাগী রাখলবু কনাগী থম্মোয়নুংদা চেন্দবগে ? শিক্ষা অমদি কলাগী মরী অসি করিসু নত্তে। থাজবনা কলাগী লম্বীনি অদুগা চিংনবনা শিক্ষাগীনি। মখোয় অনী পূন্না থম্মীন্নবা হায়বসে, য়েংথিনবা অনীবু পূল্লপ পূনশিল্লগা... ঈপাক্তা লংথবগুম্বনি। থবক অসি মাহিরনা তৌবা ঙমগনি। উপায় অমা তৌদুনা লাই অসি নুপীদুগী মনাক্তা য়ৌহনখিগদবনি।

চন্দ্রকলা : য়াম্না হায়রেদা, *(মঙক নোল্লগা)* লাইবুনা ঐনা য়েকহনবা, থাখিবনা মাগী মনাক্তা?

মনোরমা : দান তৌথোকউ... নঙগী মায়কৈদগী, মসি মঙোন্দা দরকার ওইগনি।

চন্দ্রকলা : অতোপ্পা অমা য়েকপদি...

মনোরমা : মদুবু ওইথোকপা য়াব্রা?

চন্দ্রকলা : করিগী য়ারোই ? মসিসু নঙনা য়েকপা নংত্রা?

মনোরমা : মসিগী পান্দমদি মশক মওং লৈবদুনি, মশক মওং লৈতবদুদি কলাগী মপোৎ নত্তেদনা?

চন্দ্রকলা : *(লাইদুদা ইঙ্গিৎ তৌরগা)* মসিবু উরগা...

মনোরমা : অদুদি মসি লাই ওইররোই ফোটো ওইরগনি। মসিমক থাখ্রো।

চন্দ্রকলা : হুং নঙগীসি মরৈ তৌরেবু ! মসিবু মহাক্না করম্না মওংদা শীজিন্নগনি?

মনোরমা : *(চিং লেম্না মঙোন্দা মীৎ কৃপ্তনা য়েংলগা)* অয়ুক-নুংথিলদা মসিগী পুজা তৌগনি অদুগা অহিংদনা মথানুংদা থম্লগা তূমগনি।

চন্দ্রকলা : ও! নহাক্কী করেম্নবদু হেনমনখ্রে। নঙগী থম্মোয়সে মীনুংশি অমত্তা চেন্দ্রে, মদুদা কলাগী ব্রাখলসে কবম্না পোকলিবনো খঙদেদা ?

মনোরমা : মদুগী অর্থদি লৈখোমদা থম্বাল হৌবা যাদে অসিনিনে। অদুবু মদুদি মাগী হৈনবী লীচংনি... থম্বাল মরাদি লৈখোমদা হৌগনি, অদুগা শেংলবা গঙ্গাগী লৈঙোইদদি হৌরোই। মসিদি মীয়াম্না খঙনদবনি। *( চীং লেম্না করিগুম্বা খরা খল্লি)*।

চন্দ্রকলা : করি খল্লিবনো?

মনোরমা : নঙনা হৌজিক্তা হায়খিবা ঐগী করেম্নবসি য়াম্না হেনমল্লি হায়বদো।

চন্দ্রকলা : ঐদি মদুম্না খল্লি। নঙনা মরাইবক থিরবী নুপীদুবু করেম্নরি... মহাক্কী ওইনদি সংসারসে পুমহাং হাঙলবনি।

মনোরমা : অদুননি লাই অদু মঙোন্দা পীখ্রো হায়রিবদু... মহাক্না অমুক শরুক খরদি য়েক্লগনি। মীনুংশি হায়বসি ব্রাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদে ইচেম্মা। করিগুম্বা খরদি তৌবা তাবনি। অচাকপা মৈনা মৈখু চেন্দ্রবদা মৈচাক হেনগৎলকই... নঙনা মৈখুবু মৈনি হায়না খল্লুরব্রা ?

চন্দ্রকলা : হায়বগী অর্থদি?

মনোরমা : মাগী মরাইবক থিবগীদমক্তি নহাক্না য়াম্না ৱাবীরি অদুবু *(লাইদুদা ইঙ্গিৎ তৌরগা)* নঙনা মাগীদমক্তা অদুক হাক্না কৎথোকপদি ঙমবিদ্রি।

চন্দ্রকলা : অদুবু ঐদি মসি ঐগী কাদা থম্বা পান্নম্বনি,.. নুমিৎতু নিংশিংলুবদা, মহাক্কী মীনোক, মাগী তরু-তরুবা মমিৎ.. চাউ শাংলবা, লংলবা মরাইবক, অদুগা মদুদা অমুবা মশম অম'নিনা হায়থরিবা, মীৎকুপ্তা মাগী মীৎয়েংদু কাগী মায়কৈ মরি থুংনা য়েংলম্মী... মহাক্কী মীনোকতি মশীং থিঙ্গ দ্রবা মালিকা লৈরাং কয়ানা লৈগী নোং ওইনা চুথরকপগুমখি।

মনোরমা : নঙগী ৱাহৈ ফজবদুনা ঐগী অয়েকপা লাইসিদগী নিংথীজবা হেল্লবনি।

চন্দ্রকলা : মদুদি করম্না?

মনোরমা : মালিকা লৈরাংগী নোংজুদি ঐনা নঙোন্দা উহনবা ঙমলোই।

চন্দ্রকলা : অদুবু ঐগী লাইসিদি কল্পনাবু পোকহনবা ঙমদে অদুগা নঙগীদি মদুদা মথায় হাপ্পা ঙম্লগদ্রা ?

মনোরমা : ঐগীবু ?

চন্দ্রকলা : হোয়, লাই অসে ভশেংনা মথায় পানবগুম খল্লে, *(লাইদুবু পূক্লিং চঙনা য়েংলগা)* নোকপদৌনা উরে। নোংমখক্কীদমক... ঙাইহাক্কীদমক্তা অসুম হায়না চৎখিগদবা ওইরবদি করিগী মফমসিদা লাক্নমবনো ? *(লাইবু পূক্লিং চঙনা য়েংলগা)* লাইগী মমিং করি থোল্লবগে, নঙনা 'যবনগী থোঙ্গালদা' হায়না থোল্লব্রা। অদুবু মসিগী মমিংদি 'অ.শিবগী থোঙ্গালদা' *(মঙোন্দা মীৎ কৃপ্তনা য়েংলগা)* হায়না কৌবদা করি কায়বা লৈ।

মনোরমা : অয়েকপা লাইদুদদি মদু মতম চুপ্পগী ওইনা 'যবনগী থোঙ্গান্দা' হায়না কৌরগনি। লাইদুদদি মহাক শিদ্রি। অদুবু নওদি মহাকপু নুংশিবনা য়াম্না লাংতক্লনা উরি ...

চন্দ্রকলা : ঐনা কনাবু নুংশিবগে হায়বদু নহাক্লা খঙলিবদুনি... নুংশিবা হায়বসি মীওই অহুম মরিদা নুংশিবা য়াবা নত্তে অদুগা হৌজিক অহানবা উন্নবদা নুংশিনবগী মতমসু ফংদ্রে। মদুগী মতমদুদি তোঙানবনি, থম্মোয়গী রসনা তুংশিন্দুনা লৈরবা অদুগা ইরায় লায়না মায়কৈ অমদা চেম্থরবা মতমদনি। হৌজিক্তি চৎখিবগী চাংনা লাকপদগী হেন্দোকস্লে। মহাক্তা লোয়ননা নুংশিনবগী ৱাফম নত্তে,... হরাও-তয়াম্বগী ৱাফম ওইরম্বনি... মহাক্তা লোয়ননা ফাগী জুগাই তৌনবা য়ারম্বনি... পূক্লিং হরাওহল্লম্বা য়াবনি... *(মহাক্কী মমিংতগী মপি শিম্থরকই)*

মনোরমা : এ! নওদি কপ্লবোইরে ?

চন্দ্রকলা : *(থবাক্তা মখূৎ থম্লগা)* শ্বাইদা য়াম্না নারে... স্বর হোনবদা য়াম্না ৱারে।

মনোরমা : মীনম্বদি ঙাঙলোইদ্রা হায়যু ? ঐহাক নঙোন্দা করিগুম্বা খরা হংনিংই।

চন্দ্রকলা : য়াই, হৌজিক হংঙু, হৌজিকপু করি মরমগী মীনম্বা ঙাঙগদৌরিবনো.. হৌজিক করি পোৎনো লোৎকদৌরিবসি অমদি করি মরমগীনো?

মনোরমা : মনোজ বাবুনা মরম ওইদুনা নওগী থম্মোয়দু কায়রব্রা ?

চন্দ্রকলা : অদুবু মাগা করম্বা মতমদা থম্মোয়সে তিন্নম্ববগে?

মনোরমা : এ! অমুক্তসু থম্মোয় তিন্নদ্রিবা ? নঙনা কনাবু নুংশিবগে হায়বদু ঐনা খঙই হায়বসি নঙদি করম্না হায়রিবনো?

চন্দ্রকলা : অদুবু মতম অদুদদি পাম্বে অমা শীজিন্নদুনা পুক্কিগা লোয়ননা তাইশিন্নবা তাখিবনি... অদুগা নঙনা অচুম্বগী চাংয়েং অমা তৌখিবনি। ঙসিদি ঐহাকসু লুপ্তাবী ওইরেদো...

মনোরমা : অচ্চা... করিনো বাচোয় ঙাঙলিদুবো?

চন্দ্রকলা : খোলসে কনমনবরা? অদুগা অমুকসু অচুম্বগীদমক্তা... নংত্রনে? অচুম্বা হায়বসে খোল কনবনি।

মনোরমা : নহাকপু নশাগী ইজ্জৎকী বাখল লৈত্রবরা ? বাফমসিগী ওইবা তারবদি নহাকপু অসুম্না কপফম থোকপ্রা? কনাগুম্বনা তারবদি করি হায়খিনি?

চন্দ্রকলা : কনানা করম্না তাগদোইনো? ঐবু কনাদা তম্নুগদগে? নঙনা খঙলে মরমদি ঐগী লৈজবা খুদিং চৎপ্রবদা,অচুম্বা অমদি মসিগী অরোইবা উপায়সিসু মাঙখিদৌরে। মানি... মরম অসিননি... মরমসিনা...

*(খঙহৌদনা চৌক্রিদা ফমথরগা অয়েকপা লাইদুনা মমায়দু খুমজিল্লি। মনোরমা মনাক্তা চঙশিল্লগা মাগী মকোক্তা মখুৎনা পায়। তপ্না-তপ্না মাগী মশমদা মখুৎনা নাল্লি। মুরারীলাল চঙলকই। চন্দ্রকলা থুনমক হৌগৎলি, লাইদুবু টেবল মথক্তা থম্লগা মপাবুংদা য়েংলম্লগা থুনমক ইমুংদা চঙখি।)*

মুরারীলাল : কৈদৌরগে ইবেম্মা মসিবু ? মাগী মমিৎ ঙাংশং ঙাংইনে... কপ্লবগুম্না তৌরেনে। চন্দ্রকলা... ! চন্দ্রকলা...!

মনোরমা : *(চিংনরপ তৌবা খোঞ্জেলদা)* ঐহাক হৌজিক মসিদগী চংখিবা পাম্মী। মসিমক্তা মঙোন্দা...

মুরারীলাল : *(মাঙদা চঙশিল্লগা চৌক্রিদা ফন্নদুনা)* নহাক চংপা পাম্লব্রা? নঙগীদি নয়ূম লৈতবা নৎত্রনে ?

মনোরমা : কদায়দনোমা য়ূম শারুগনি।

মুরাবীলাল : অদুদি য়ূমসিদা লৈবদা করি কায়বগে? *(মাগী মখূৎ পায়রগা মূন্না মঙোন্দা য়েংলদুনা)* নহাক মফমসিদা লৈবদা নুংঙাইত্রবরা?

মনোরমা : তাইবঙগী অচম্বা লোন্দা মীয়াম্না নুংঙাই হায়নরিবা পোৎশক্তো ঐনা মফমসিদা থা অনীদগী ফংদুনা লাক্লি... মতমচানা অহাউবা চিঞ্জাক চাবা,নুংঙাইনা তূম্বা, ফজরবা ফিরোল শেৎপা... সংসারগী নুংঙাইবসিদি পোৎশকশিংসিদা য়াওরবনি। *(চিংলেম্না)* খুদিংমক ফংদুনসু মসিদি অদোমগী য়ূমনি। ঐসু ঐগী ইয়ূম শাবা তাবনি।

মুরারীলাল : *(মোমোন নোক্লবা হোৎনরগা)* অদুবু ঐগী য়ূমসি নঙগী য়ূমমক্তি খনবদা করি কায়বা লৈবগে?

মনোরমা : আইন অমদি কলা অনীসে তিন্নবা য়াদেদনা? *(চিংলেম্না)* আইন্না দণ্ড পীবনি, কলানা ঙাকপীবনি। আইন্না চিংনবা থম্নবনি, কলানা থাজবা থম্বনি। *(মখূৎ চিংশিল্লগা টেবলগী নাকল অমদা লেপ্পুনা লৈ।)*

মুরারীলাল : নহাক্কী থম্মোয়দুদি মীনুংশি য়াওমন্দেবু ...

মনোরমা : *(মচিনবান্দা খূদোম্বী থন্নগা)* মরমদি ঐদি লুখ্রাবীনি।

মুরারীলাল : অদুবু নঙগী নপূরোইবদুগী মায়থোঙদুদি নহাক উখিদ্রিদনা? অদুগা নঙদি মদুগী মরমদা করিসু খঙখিদবনি।

মনোরমা : ইমিৎসিনদি কৈদৌঙেদসু উখিদ্রি... অদুবু কল্পনাগী মিৎসিনদি নুমিৎ খৃদিংগী উরি.. নুমিৎ খৃদিংগী। চহী কুনগী মশা-মউ ফরবা, ফজরবা, শুমহৎলবা হকচাং কয়াৎ থাজগুম্লবা মায়থোং, থম্মালগুম্লবা মিৎম্লা, লীরুংগুম্লবা পীৎশুম, কুণ্ডনা মুরবা শম্লাং, *(মমিৎ উইশিল্লগা)* শক্তম অদু হৌজিক ঐগী ইমাগুদা লেপ্লরে, য়েংবিয়ুনে অদোমসু উবা য়াই।

মুরারীলাল : *(তৌফম খণ্ডদনা)* ঐদি অয়েকপা লাইদুবু উরি। মসি নৎত্রনে? ইহে ! মসিদি রজনিকান্তগী লাইনি... নুপা মচাদুগী ও!

মনোরমা : *( লাইদুনা য়েংলগা)* ফজনা য়েক্লবরনে?

মুরারীলাল : চপ হেক মান্নে.. মহাক্কী মশক্তুমক্কি... লাই অসি নঙনা করিগী য়েক্লিবনো... কবি অপাম্বদগীনো.. ? *(মনোরমাদা য়েংত্তি)* লাইসিনা নঙোন্দা করি কান্নহল্লিবা?

মনোরমা : কলাগী পান্দমদি ইশাগী কান্নবগীদমক্তা নত্তে। গুলাবনা শাৎলম্মী লৈকা ফন্না, বসন্ত ঋতুসু থুংলরম্মী অহিং তাংলৌ অথেংবদা, পূর্নিমাগী থাজনা পৃথিবীদা য়েংদুনা লৈরম্মী... মদুবু উরুরগা ঐগী কল্পনা অমদি পূক্লিং ইরাং হৌখি ... ঐনা মাগী শক্তমদু য়েকখি।

মুরারীলাল : নহাকসিসু সমস্যা অমনি...

মনোরমা : সাহেবনা মদু করম্না খণ্ডবীবগে ?

মুরারীলাল : মরমদি ঐনা নঙবু খঙবা ঙমদে।

মনোরমা : অদুবু অদোম্না মসি খণ্ডনবা হোৎনরিবা করিগীনো?

মুরারীলাল : করিগী হোৎনরোইদৌরিবনো?

মনোরমা : শুকহোৎ হোৎনরোইদবনি। অদোমসু খম্বীয়ু, অতোপ্পবু দগুি পীবগী থৌরাংদি অদোম্মা তৌরি। সোমবু দগুি পীনবগী থৌরাংদি কনানা তৌগনি। অদুগা মসি অচুম্বা থৌওংদি নত্তে। নুমিৎ কয়ানিগী মমাঙদগী অদোম্মা অসিগুম্বা মখলগী ইঙ্গিৎ পীরিবনি। অদোম্মা ইশাগী ইজ্জৎপু কাউথোকপিবি। ঐহাক লুপ্লাবীনি। ঐঙোন্দা ফাগী জুগায় তৌবগী অর্থ থোক্তে।

মুরারীলাল : ঐদি মসি ফাগিনী খন্দে, অচুম্বা ওইহনবা পাম্লবনি।

মনোরমা : অচুম্বা ওইহনববু অদুক লায়বা তারবদি সংসারসিদগী মিনম্বা হায়বদু মাঙখ্রনি, নৎত্রগা... যুঙাওবগী যু, মীহাৎপগী মীহাৎ, হুরানবগী থবক, খুদিংমকসে অচুম্বা ঙাক্তা ওইরনি। মখোয়শিংসিগী ফত্তবসু লৈররোই।

মুরারীলাল : ফরে অদুদি নহাক কদায়দা চৎকে হায়রিবা...? ঐহাক নঙবু থিংলরোই.. নহাক চৎখিবা য়াররনি।

মনোরমা : *(মোমোন নোক্লগা)* অচুম্বগী লংলাসিদি নৌপ্রেদা, কয়াদা থুনা তৎলিবনোসে? *(মঙক নোল্লগা)* অদোম্মা ঐবু করিগী থিংবীগদৌরিবনো?

মুবারীলাল : *(অকনবা খোঞ্জেলদা)* ঐহাক্লা নঙবু কৌবা লাকখিবসু নত্তে।

মনোরমা : অদোমগী ইচানুপীদুনা ঐবু কৌবা লাকখি... লাইয়েকপা তম্বীনবগীদমক্তা। ঐহাক মফমসিদা থবক শুবা লাকখিবনি। মসিদা অদোম্মা য়াম্মা নুংশিবিবগী ব্রাফম য়াওদে। অদুগা অদোম্মা খনবিরিবা ঐনা অদোমগী নাক্তা ইজ্জৎকা লোয়ননা লৈজখি হায়বসি ঐহাকসু য়াজে, মসিগীদমক্তদি অদোমবু থাগৎচরি। ফরে, অদোম হৌজিক্তি পেনবিরম্লগনি।

ঙাকপীগনি, নুপা হায়বা জাৎসে মমিৎ খরদি ঙাওইবু থোইদোক্লা নুপীগী মরমদা, শিরমদাই য়াতারবসু ফজবী নুপী উবদা ঙাওবা ঙাক্তনি।

মুরারীলাল : নহাক ঙাওবা লেপ্লরোইদরা ?

মনোরমা : অকিবগী ৱাফমদি ঐনা তম্মকখিদে। অকিবগী মমিসি করিগুম্বা ঐগী পূক্নিংদা খজিক্তং তারম্লবদি নহাললা ঐসে মাঙলম্লগনি.. ইশাগী লমচৎ, অদুগা হৌজিক ফাওবদদি করি ওইরমগনি? নরক্কী খ্বাইদগী মখা থংবা লৈরোম্দুদা য়ৌরম্লগদবনি। ঐনা অদোমগীদমক লাই অমা য়েকলে, অমনা চন্দ্রকলাগী, অমনা মনোজবাবুগী অদুগা মরিশুবা লাইদুনা মসিনি। *(লাইদু থাংগৎলগা)* লাই অহুমসিদি অদোম্মা লৌবীরো। মসিনা ঐহাক লৌজরগে।

মুরারীলাল : হৌজিক বজনিকান্ত করি ফিভমদা লৈরমগনি হায়বা ঙমদে... হিংলমখিগদরা নৎত্রগা শিরম্লগদরা।

মনোরমা : হুং ঐঙোন্দবু করি কায়বগে ? মতম খরগী লাক্লম্বদুনা ঐগী কলাবু মীকপ থোকহল্লম্লে।... অসুক ফজবা লাইদি ঐগী কলমসিনা হৌজিক ফাওবদি য়েক্লি। মসিনা ঐগী অরোইবা অয়েকপা লাই হায়বদু ওইরগনি।

মুরারীলাল : করিগী অরোইবা ওইগদৌরিবনো?

মনোরমা : ঐহাক ঋষিকেশতা চৎলগনি... মচু অমদি কলমসে গঙ্গাদা লংথগ্রগা মালা চৎলগনি।

মুরারীলাল : চহী মতাংসিদবু ?

মনোরমা : নৎত্রবদি শিবমদাইগী মতমদা তৌগদ্রা ... খুৎচাশিংসিনা মালা পায়বা ঙমদ্রবা মতমদা... খুৎ নীঙ্কবা মতমদা মালা চৎকদ্রা?

মুরারীলাল : চন্দ্রকলাদু অমুক্তা থারকউ... নত্তে, ঐহাক হেক্তা চৎলগে।

*(মুরালীলাল ইমুংগী থোঙলোমাদ চঙখি। মনোরমা লাইদুদা খুদোম্বীনা অসুম নান্দুনা শান্নে। মাহিরঅলী অমসুং মনোজশঙ্কর বারী শাদুনা চঙলকই।)*

মাহিরঅলী : হায়বীরনু হৌজিক্তি, ... হৌজিক্তি ময়াম্না খঙবীদ্রি... ঐগা থম্মোয়সে মীপাইবা পোক্লবনি।

*(মাহিরঅলী বেডিং অমসুং শঊনগী সুটকেশতু ওয়রোমদা লৈরীবা অকোইবা কাদুদা পূরদুনা চঙখি। মনোজশঙ্কর মাঙদা চঙশিল্লগা টেবলগী মনাক্তা চৌক্রিদা ফম্মী অদুগা মনোরমাগী মখূৎতগী লাইদু লৌরগা য়েংঙি।)*

মনোজ : নুংঙাইরিব্রা ?

মনোরমা : ঐবুরা ?

মনোজ : হোয়... নঙবুনিনে৷ ঐনা হংলিসে.. নঙোন্দা নৎত্রবদি কনাদনো? কয়াদা ফজখ্রবা লাইনো ? *( লাইদু য়েংবদা পূক্লিং লূপলি। মনোরমানা মঙোন্দা য়েংঙি)* লাই অসিদি কল্পনাগী মশকনি।

মনোরমা : নত্তে... নুপামচা অমা নুমিৎ খরগী মমাঙদা লাক্লম্মী মাগী মপাদু লমদম অসিগী জমিন্দার ওইরম্মী। মহাক্কী মপাদু শিখিবা চহী অমা ফাদ্রি... মদুসু অসুম্না তাখি, কনাগুম্বা রায়সাহেব কৌবা ওনরেরী মাজিস্ট্রেট অমনা হাৎত্তোকপীখ্রে।

মনোজ : ও! মাহিরঅলীনা মদুগী মরমদা হায়রম্বরা ? *(লাইদা য়েংলদুনা)* মশকসে নোক্লক্কদবা মাল্লি। অসুক ফজবা অমদি চমজরবা... 'যবনগী থোঙজিন্দা'... নহাক্কী পুক্লিংগী ইথিলসে হৌজিকসু মাঙড্রিবরা ? *( খঙহৌদনা হেনজিন্না ব্রাখল তৌরকই)*

মনোরমা : ভূসিদগী নঙগী পরিক্ষা হৌরবা নৎত্রা ?

মনোজ : হৌরবনি অদুবু হৌজিক্তি পরিক্ষা থাবরোই।

মনোরমা : রাজনীতিগী থবক তৌরগে হায়রিবরা ?

মনোজ : তৌরোইদা ...

মনোরমা : অদু ওইরবদি ?...

মনোজ : নারিবনি ঐসে।

*(স্বর শাংনা হোল্লি। মুরারীলাল অমদি চন্দ্রকলা চঙলকই ।*

মুরারীলাল : মনোজ নঙবু কদায়দনো ? পরিক্ষা থাদ্রবরা?

মনোজ : থাজদ্রে...

মুরারীলাল : করিগীনো?

মনোজ : কান্নবা লৈত্রেদা।

মুরারীলাল : শেল ফংখিদবরা ?

মনোজ : ফংজখি।

মুরারীলাল : অদুদি করিগী ?

মনোজ : শেল ফংলে... অদুননি পরিক্ষা থারমদনা লাকচরিবসে।

মুরারীলাল : অদুবু ঐনা হংলিবসিনি, করিগীনো ? করি মরমগীনো?

মনোজ : অদুগা ঐনা হায়জবগী মরমদি নুমিৎ তরামঙানিদা ঙাইহরি ঐঙোন্দা অদোম্না লুপা চামরি থাবীরকখি অদুগা অমুক হন্না লুপা চনি করিগী থাবিরক্লিবনো ?

মুরারীলাল : নহাক নুংঙাইনবগীদমক্তনি।

মনোজ : অদোমগী তলব লুপা চাতরুক ফংবনি অদুগা লুপা চাৎরুককমক ঐঙোন্দা থাবীরক্লে। য়ুমগীদি করম তৌগদৌরি ?

মুরারীলাল : মদুগী নঙনা করিগী য়ারিবনো?

মনোজ : মতৌ অসুম তৌবনা অদোমগী লমচত্তা লৈখা তারকপা য়াবগী চিংনবা লৈ। তলব খূদিংমক ঐঙোন্দা পীথোক্লগা অদোম্না অরানবা লম্বীদা ইশাগী শেল...

মুরারীলাল : মদু ওইবসু য়াই... অদুবু নঙোন্দা করি কায়বগে ...?

মনোজ : *(লাইদ্ থাঙ্গৎলগা)* করিগুম্বা মসিনা শিবা তারবদি মসিদা অদোমগী মরাল কদায় ফাওবা লৈগদগে হায়বদু সাহেবনা হায়বিবা ঙম্বীগদরা ?

*(অখাবা মীৎয়েংনা মঙোন্দা য়েংলকই)*

মুরারীলাল : *(চিংননা)* নঙবু করি তৌরবগে ?

মনোজ : *(চীংলেম্না)* ঙসি নুমিৎ তরামঙানিসিগী মনুংদা পাবুংদু য়াম্না তোয়না মঙদা উই। ঐগী য়াখলগী লায়না হেনজিল্লক্লি.. *(স্বর কন্না হোল্লগা)* থম্মোয়নুংদগী মৈরীসে চাকখৎলক্লগা মীৎসিদগী ফাওদোকরপগুম তৌরে। ফিভম অসিদা লৈরবদি ঐহাক নুমিৎ মঙা - তরানিদগী হেন্না হিংগদবা মান্দে। ঐহাক শিগ্নগা অদোম্না করি কান্নগনি? *(মুরারীলালদা মূন্না য়েংলকই)*

মুরারীলাল : ঐনদি নঙবু হেক পোকচবা ইচাদৌনা খল্লিবনি, ঐনা নঙবু হাৎনবা হোৎনগদ্রা ? নঙগীদমক্তা ফনবা তৌবীরগা নঙনা ঐবু ফত্তনা খল্লবা ?

মনোজ : চত্তী তরাগী মতম হৌখ্রে। অদোম্মা শেলগী মযাইনা ঐবু হরাওহন্নবা অমদি লন - থুম কযাসিনা ঐবু শুপ্নৎহনবা পাম্লি, মহাক্না করিগী আত্মাঘাট তৌরিবনো হায়না ঐনা অদোমদা হংলক্কনবা... পাবুংনা আত্মাঘাট কবিগী তৌখিবনো? মতম্না। অসুম অসুম হৌখিবগা ঈরোইনন্না অরোনবা অসিসু অসুম - অসুম লাপথোকখিদগুম তৌবি। অদুবু ঐগী পুক্নিংদদি ঐগী থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈরীসিদি কয়াদা থম্মোয় কাযনিংঙাইনো, মসি অদোম্মা য়েংনিংদে। অসুম্মা ঐহাক কয়াম কুইনা হিংখিগদগে ?

*( মুরারীলালনা লাঙতক্লনা মঙোন্দা য়েংঙি। মাঙলোমদগী মী খরা কু অমা পুরদুনা চঙলকই অদুগা য়ুমগী মাঙ্গোলদা থম্মী। মুরারীলাল খংপ্রেক খংনা য়েংঙি অদুগা মাঙলোমদা চঙশিল্লি। মাঙ্গোলদা য়ৌশিল্লকই।*

মুরারীলাল : ও ! রজনীকান্ত! লোয়রেদনা.. বদমাশতুনা হাৎতোকহল্লেদনা?

*(চন্দ্রকলা থুনমক অশিবা হকচাংদুগী মনাক্তা চঙশিল্লি। রজনীকান্তগী মমিৎ পাঙলি অদুগা চন্দ্রকলাদা য়েংবগুম তৌরি। মহাক্কী মকোক কায়রে, মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা ঈতনা শিন্থুরি মদুনা ফুরিৎ পুময়াৎ অমদি ফৈজোমদু লূপলে। চন্দ্রকলা মীকুপ অমত্তং মঙোন্দা য়েংঙি।*

চন্দ্রকলা : ও' হৌজিকসু মোমোন নোক্লিবা ?

*(অদুগা রুমালনা মচিন খুল্লদুনা মনুংদা চণ্ডখি। মাহিবঅলী মফমদুদা লৈমায়থক্তা রজনীকান্তগী অশিবা হকচাংদুগী মনাক্তা ফম্মী।)*

মাহিরঅলী : ওহো ! হাৎতোকপীরে ! হাৎতোকপীরেদো বদমাশশিংদুনা, শরুশিংসি তেক্লেদনা। *(মুরারীলাল নোম্থবদুনা রজনীকান্তদা মূন্না য়েংঙি।)*

*( ফিজং হাইথরকই )*

# অনীশুবা শরুক

*(বঙ্গলোগী মাঙ্গোলদা মাওলোমদা চৌক্রিশিং থাদুনা লৈরি। মরক্তো মাওলোমদা আরাম চৌক্রি অমা থারি। নাকল অনীমক্তা উগী চৌক্রি মরিখকসু থা মচেৎ শানা থারি। নুমিদাংবাইরম ওইশিল্লক্রে। মনোজশঙ্কর মাঙ্গোলগী ওয়রোমদা লৈরিবা অকোয়বা কাদুদগী থোরকই। মাওদা থোরক্লগা মপাল্লোমদা য়েংঙি। কাশি-মুগাগী ফুরিৎ পুময়াৎ অমদি বেঙ্গলী ষ্টাইলদা য়েৎলোমদগী ওয়রোমদা রেশমগী ইন্নফি অমা য়াল্লি, ফৈজোমসু বেঙ্গলীগী মওং-মতৌ লৌরগা য়াম্বুদুনা মখাদা চোন্না শেৎলি। খোওদা পঞ্জাবী খোওগুপ তোংলি। মশা-মউদি য়াম্না ফৈ অদুবু মমিৎতি কৃৎশিল্লি, মসিনা মহাক চিন্তা তৌরি হায়বদু উৎলি। মফমদুদা লেপ্প-লেপ্পা বাঁসী খোংলি। ইমুংলোমদগী মনোরমা চঙলকই।)*

মনোরমা : *(মাঙ্গোলদা থোরক্লগা)* ঐঙোন্দসু খরা তম্বীয়ু।

মনোজ : *(লৈথোবক্লগা)* করিগীনোনে ?

মনোরমা : অহিংদা তূম্বা য়াদে খঙলবরা ...?

মনোজ : অদুবু করিগীনো ?

মনোরমা : অদুবু করিগীনো হায়বা ?

মনোজ : ঐনদি নঙোন্দা অহিংদা তূমগনু কৈদৌনুংদা হায়খিদে। কৈদৌঙৈ হায়খিবগেনে ?

মনোরমা : ঐহাক তূম্বা য়াদে। *(চীংলেম্মা উরকই)*

মনোজ : ফরে অদুদি বাঁসী খোংলগা তূম্লিংগদ্রা ? তূম্লিংবগী হিদাকসিদি ওস্থোক্লা ফগ্রেবু !

মনোরমা : তূম্বা য়াদ্রবসু মতমদি নুংঙাইনা হৌখিনিদনা ?

মনোজ : অদুবু নহাক বাঁসী খোংলগা নুংঙাইগনি হায়না করম্না খনবগে? ঐদি মসিদা হকচাংসি শোক্রুবনি। ডাক্তর চৎত্রববা?

মনোরমা : হৌজিক্তি চৎত্রি...

মনোজ : করি তৌরিবগে ...?

মনোবমা : কবি তৌরি হায়বা... হকচাং নমলি...

মনোজ : হকচাং নমলি হায়বা ? *( মোমোন নোক্লগা)* নঙসিসু অঙকপনি...

মনোরমা : ফাগিনি হায়না খল্লিরো ? চৎলগা য়েংজরু ! কোকতা অমুক পায়, থবাক্তা অমুক পায়, পাম্বোমদা অমুক, অমুক্না ফৈগন্দা, ঐদি শান্নরির্বনি হায়না খল্লি।

মনোজ : মহাক্না চন্দ্রকলাগা লোয়ননা শান্নরি অদুগা নঙনা ঐঙোন্দা শান্নরি। *(মনোরমা লৈমায়দা য়েংলকই)* কৈদৌরগে, সোমদা য়েংঙুনে?

মনোরমা : *(চীংলেম্না)* মহাক্না ফাগী তৌবদু... অদুগুম্না ফাগী হেক

মনোজ : তৌদে... মহাক্কী ফাগিদি পুং খরতগীনি ... নুমিৎ খরতগীনি। অদুবু নঙগীসিদি ঐগী পুন্সিসিগা পুন্না লোয়রগদবনি। মদুনা লোইবদি ঐগী পুন্সিনা লোইবা নৎত্রা ?

মনোরমা : হৌজিক শুপ্নগী থা অনীত্তা ঙাইহিরি, নঙনা ঐবু খঙলেদনা...?

মনোজ : য়ারেনে অদুসু, থা অনী মমাঙদগী ফাগী অসি নঙনা হৌরকখিবনি।

মনোরমা : ঐনা হায়বা ?

মনোজ : হোয়, নঙনা।

মনোরমা : ঐনা ইচম চম্না নঙনা হায়রিবদু সাল্লি হায়রবদি নহাক নথায় নুংঙাইতবা য়াই। অদুবু ঐদি মদু পামদে। ঐনা নঙোন্দা ফাগী অমত্তা তৌখিদে। ঐনা নঙবু পামজে... নঙগা লোয়নবদা থম্মোয়গী ওইবা নুংঙাইরবা য়াখল অমা ঐঙোন্দা ফাওই।... অদুবু নঙনা পামজরিবা পোৎশক্তুদি... মদুদি অকিবগী মশক্লি।

মনোজ : অকিবগী মশক্লি হায়বা ?

মনোরমা : অকিবগী মশক্লি, অকিবগী মশক ! চন্দ্রকলাদু নুপামচা অদুদা অসুক্কী মাতক ওমহৎত্রে মহাক্কীদমক্তা অনাবা হায়বদু ওইরে। ঐখোয় খুদিংমকসে লৈরিবা ফিভমসিদগী হেন্না চাউখৎনবা হোৎনগদবনি মনোজ ! নখোয়গী সাহেবসু ঐঙোন্দা নুংশিবা হৌরক্কে। *(চিং লেম্না)* দশাশ্বমেধ হিদেন্দা চাকনিবশিংগী মরক্তা চখোম অমমমগীদমক মুন্নরি.. মখোয় খুদিংমক অরাম-খৌরাংনা লেল্লি... জ্ঞানগী য়াফমদি মখোয়দা খজিক্ত ফাওবা য়াওদে। নখোয় নুপা হায়বা জাৎসিসু অদুগুম্না চাকনিবশিংদুগা পাংখক ওইরবনি। *(মনোজশঙ্কর মঙোন্দা লাংতক্না য়েংঙি)*। করিগী অদুম্না য়েংলিবনো, নহাকসু হায়মুনে। *(খরা খক্লগা)* ঐদি লুম্নাবীনি... অসিগুম্বা থম্মোয়গী মৈচাক অসিবু মতম খরগী ওইনা ঐনা লোৎশিনবা তারবসু... ঐহাকসে কনাগী ওইগদগে ? নহাক্কী নৎত্রগা ডিপুটি সাহেবকী ওইগদ্রা ? ঐবু হায়জৌ হায়রবদি ঐদি মাবু তশেংনা তুক্কৎচৈ, অদুগা

নহাকপুনা থম্মোয় শেংনা নুংশিজে... ঐগী নুংশিবগী অর্থসি নঙনা খঙবা ঙম্নবদি মদুগী তাঞ্জা অমা ঐঙোন্দা পীবিয়ু। ঐনা নঙবু বর ওইহনবদি ঙমলোই, অদুবু ঐগী চান্নথোইবা মরূপ ওইহনবদি ঙমগনি। হয়েংদি ঐহাক শোয়দনা চৎলগনি.. মসিগী পাউখুমদি ঙসি নঙনা পীবা তাবনি। *(মনোজশঙ্কর করিগুম্বা খরা হায়নিংই)* ঙাইখো... মসিগী পাউখুম অসি খুদক্তা পীবা য়াবা অদুক হাক্লা লায়বদি নত্তে।

মনোজ : অদুদি...

মনোরমা : নহাক্লা য়োম্লিংশিংদু থদৎপা তাবনি। শ্রীমান মুরারীলালনা মহাক্কা নঙগা লুহোংবা পাম্মী হায়বসি চন্দ্রকলাদি হান্ননা খঙলবনি... অদুবু মসি খঙদুনসু মহাক নুপামচাদুগী ফজবা অমদি চমজবদুনা মশাবু কাউথোকচবম্মী। মখোয় অনী মরী লৈনহনবা য়াবা সমাজসিদা করিগুম্বা মরম অমত্তা লৈতে। মসিদসু নত্তনা মহাকতুদি লুহোংলবনি। মসি খুদিংমক খঙনা ভাব তানা মশানা মশাবু মাঙহনজরে। মহাক্কী য়াইফবা অমাদি নুপী ওইবগী ইজ্জৎতি সুপ্নগী লম্বী অমখক্তা ঙাইরবনি মদুদি মহাক পৃক্সি চুপ্পা লুহোংদনা লৈবদুনি। মহাক অমুক হন্না লুহোংলবদি হৌজিক চুমদবা লীচৎ হায়বদু ওইরনি... মহাক্লা চেকশিন্দবা তারবদি অমত্তা নত্ত্রে লমচৎ ফজদবা কয়া অমসু ঙসিদগী মীয়াম্না ঙাঙনখিবা তাবনি।

মনোজ : *(খংলদুনা)* লমচৎ নাইদবা ?

মনোরমা : করিগী লাংতক্লরিবনো ? হকচাংগী লীচৎ ফজদবদগী পুক্নিংগী লীচৎ ফজদবনা হেন্না অকিবগী মশক্নি। তাইবঙপানবগী চয়েৎনবশিং... মখোয়শিংদুগীদমক ঙসি

লাঙনরিবসে, আইনগী মতেংনা লোয়শিনবা ঙমলোই.. মখোয়শিংদু জ্ঞান্না পোকহনবনি, মদুগী পাউখুমসু জ্ঞানতনা পীগদবনি অদুগা প্রকৃতিগী মিংদা ঐখোয়না লেপ্পা লৈতনা শারমচৎকী মায়কৈদা চঙশিনগনি... অদু ওইরবদি চিন্তাসু লৈররোই, অন্নাবসু লৈররোই... অদুবু মতমদুদা সমস্যাসু লৈরোই অমদি কোক্নবা উপায়সু লৈরোই।

মনোজ : *(খঙনীংবা খোঞ্জেলদা)* নহাক্কী ৱাঙাঙদুদা থম্মোয়গী ওইবা রস করিসু য়াওদে, মনো... অদুগা নহাক্কী তুরিদুদি করম্না থম্মোয়বু তুজুংহল্লিবনো ?

মনোরমা : *(মোমোন নোক্লগা)* মরমদি মদু তুরি ওইবননি... মদুগী মনুংদা শরতকী থাবল য়াওরি, বসন্তগী নামিবা নুংশিৎ শিৎলি.. কালেন থাগী মৈশাসু য়াওরি। *(ঙাইহাক খল্লগা)* থম্মোয়গী রস,ফজরবা ৱাহৈ অম'নিদং, মখোয়শিংদুগী অর্থদি... অপাম-নুংশি, হোংলকপা ৱাখল নশাগী নরাল উৎথোকপা.. *(মাগী মখুৎ পায়রগা)* থম্মোয়নুংগী রসতু থিযু.. ঐগীদমক্তসু, অতোপ্পশিংগীদমক্তসু... *(তুমিন্না লৈদুনা মঙোল্দা য়েংঙি-মহাক্কী পিশুম মথকলোমদা শুকৎলি)*

মনোজ : *(মখুৎনা মাগী পিশুম শুকৎপদু পায়রগা)* চিংলগেদো... থম্মোয়নুংদগী রস চেম্থরক্লবা...

মনোরমা : ইমীৎসে কোৎথোক্লবসু থোরক্লোই ইকুংঙো। মীৎতাংলবশিংদা হংঙু, খোঙতেকপা অমদি মশা কেল্লবশিংদুদা হংঙু, থম্মোয়নুংগী রসতি নহাক্না মখোয়দগী ফংগনি। হঙ্গোইবা তৌগনু... নুংশিবদুদি নঙগীনি।

মনোজ : ফরে তোক্লসি। ঐহাক ভাব তাররোই।

মনোরমা : চো... চো... চো... ঙসিদি খঙলয়োই, অদু ওইরবদি চন্দ্রকলাগী মতৌগুম নঙগীসু কনা লৈজদ্রবা... আশা অমত্তা উদ্রবা... *(মনোজশঙ্কর বাঁসী খোংঙি। মনোরমা ঙাইহাক্তং মঙোন্দা য়েংদুনা লৈ)* য়ানিংদবরা ?

মনোজ : মসিদসু ফত্তবা য়াওরবরা ?

মনোরমা : মসিদা হূ মখল অমা, নিশা মখল অমা য়াওরি।

মনোজ : ঐহাক্তি মসি য়াওদনা হিংবা ঙমদে।

মনোরমা : অরাবগী সুরদা খোংদনা নুংঙাইবগী সুরদা খোংঙু। নশাবু রাহন্নবা হোৎনবা হায়বসি ফত্তে।

মনোজ : করিগুম্বদা নুংঙাইবসু য়াওই নৎত্রগা অসুম্না অসুম লেল্লি।

মনোরমা : কদায়দা নুংঙাইবা ফংদ্রিবনো? ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চনবা হায়বসে নিরোধ যোগনি অদুগা মসি নুংঙাইবদুনি। পামলিবদু পাম্লুরনু... নুংঙাইবা হায়বদো নঙগীনি অদুগা নহাকসিসু নুংঙাইবদুগীনি।

মনোজ : ঐহাক্তি হিংবা পামদ্রে।

মনোরমা : অদুদি শিবা পাম্লবা। মসি নৎত্রনে ? শিরগেদি খনগনু, পৃক্লিসে নঙগীসু শরুক য়াওরিবনি।

মনোজ : নঙনা খঙবদা লূনা থোক্কনি।

মনোরমা : ডিপুটি সাহেবকীদমক্তা ঐহাকসে সমস্যা অমনি অদুগা নঙগীদমক্তসুনি। ঐহাক করি তৌগদগে ? ঐনা কনা-কনাগীদমক কপকদগে ? ঐ ইশাগীদমক্তা, নঙগীদমক্তা, সাহেবকীদমক্তা নৎত্রগা চন্দ্রকলাগীদমক্তরা ? চন্দ্রকলাগী লায়েংনবগীদমক্তি ডাক্তর লাক্কুনা লৈরে, ঐখোয়গী

অনাবসিদি কনানা লায়েংবীগনি। চন্দ্রকলাগী লায়নাসিদি উপায় লৈতে, অদুগা ঐখোয় অহুমগী লায়নাসে য়াম্না শাথিরে।

মনোজ : মহাক্না করিগীদমক্তা আত্মঘাট তৌখিবনো হায়বসি খঙত্ৰিবমখৈ ঐগী লায়নাসে ফগদবা মান্দে?

মনোরমা : নুপাগী খ্বাইদগী তমথিবা লায়নাদি নুপীনা মরম ওইগল্লি অদুগা নুপীগী খ্বাইদগী লুবা লাযনাসু নুপানা ওইগল্লি। লায়না অসি মীওইবগী হৌনশানি অদুগা মীওইবা খুনাইনা চাউখৎলকপগা লোয়ননা লায়না অসিসু অসুম অসুম হেনগৎলকই... হোয়, অহানবদদি মসি তোপ-তোপ্পা ফিভম অমদা লৈরম্মী... অদুবু হৌজিক্তি লায়না অসিগী লায়চৎ অসে হিরম খুদিংদা লৈরবনি। অসিগুম্বা কুইরবা লায়না অসিগা লোয়ননা নঙগী লায়না অমসু লৈরি। ঐনা খঙই... মদুদি...

মনোজ : খুদিংমকসিগী অর্থদি নহাক্না ঐবু নঙোন্দগী লাপথোকহনখিবা পাম্বদুনি।

মনোরমা : ঐদি নঙগা খুৎশম্নরগা সংসারসিদা খোঙদামিন্নবা পাম্মী। সংসারসিগী অনৌবা ফিদম অমা শেমগৎপা পাম্মী অদুগা ঐগী ফিজীনা নঙগী খৌরীদা কিশিন্দুনা ঐগা লোয়ননা লৈখা তামিন্নবদু নঙনা পাল্লি। করিগুম্বা নঙনা ঐগী হকচাং অসিদা মীহৌবা লৈত্ৰবদি... নঙনা ঐগী থম্মোয়, ঐগী থম্মোয়নুংগী অপাম্বদু মশক খঙবা ঙম্লগনি, নখুৎ তিংথোরকউ নৎত্রগা খুৎসি পায়য়ু *(মখুৎ তিংথোকই)* পায়য়ুনে। *(মনোজশঙ্কর মঙ্গনা শুমহৎলবগুম মহাক্কী মখুৎ পায়শিল্লি)* নঙনা বাঁসী খোংগনি। ঐনা লাই য়েক্কনি । *(ঙাইহাক খল্লগা)* ঐহাক

লুপ্তাবীনি অদুগা নওসু পাম্না ওইবা তাই। অদুগা মতৌ অসুম্না ঐখোয়নিগী নুংশি পম্বুংসে মপোক অমখক্কী নত্তে মপোক লাংওন কয়াগী ওইরবনি। *(মনোজশঙ্কর চিন্তা তৌরদুনা লাপ্না অহাংবা অতিয়াদা য়েংঙি। মনোরমানা মাগী মরেংবান পায়রগা মহাকপু কন্না নোম্মী)* ব্রাকগনু... চিন্তা তৌকগনু.. নোক উ, পূঙ্গিসিদা অদুগা তাইবঙপানসিদা...

*(মুরারীলাল চঙলকই)*

মুরারীলাল : *(তৌশিন্নবা ব্রাঙাঙদা)* নখোয় ময়াম্না মফমসে ড্রামা হোল ওইহল্লেনে। *(মনোরমা কা মনুংদা চঙশিল্লগা লেপ্লুনা লৈ। মুরারীলাল মাঙ্গোলদা থোরক্লগা অরাম চৌক্রিদা ফম্মী। মহাক্কী মায়থোংদা মহৌশাগা মান্নদবগুম লাংতক্লনা উরি।)*

মনোজ : অদোম্না হায়বীরিবদু করিনো ?

মুরারীলাল : নখোয়না মফম অসিবু ড্রামা হোল ওইহল্লে হায়বনি।

মনোজ : অদোম ড্রামা য়েংবীরুরগা লাকপা ওইরমাল্লেদা? ব্রাখল অদু খল্লুরগা অদোম্না লান্না উবিবনি।

মুরারীলাল : ঐবু ড্রামা য়েংলুরগা হল্লকপনি হায়বা ?

মনোজ : *(হৈনিংদনা)* ওইরম্বা য়াই। মফমদুদবু অতৈ করি ওইরিনি?

মুরারীলাল : ঐবু ড্রামা য়েংলগা হল্লকইবা ইবুংঙো, চন্দ্রকলাদু মিহুল লেপকে তৌরকইনে।

মনোজ : *(নোক্লদুনা)* হা.. হা... হা... হা... অদোমসু তূমদনা মঙ মঙনবা লাক্লরি।

মুরারীলাল : হন্দকমুক্তি নঙগী অদুগুম্বা শিক্ষা অমদি সংস্কারনা য়ানিংদে হায়বদু তাকলে। নহাক্তি অসুম্না তৌরমদবনি।

মনোজ : ঐহাক হৌজিক জ্ঞান লাক্রবনি।

মুরারীলাল : ডাক্তর সাহেবতি ভাব তাবা ঙমদ্রি... মহাক চিংনবা পোক্কি, লায়না লাইওং অমত্তসু খঙবা ঙমদ্রি... করিগুম্বদা থম্মোয়গী মিহুল লেপত্রগদরা হায়না মহাক্তি চিংনরবনি। নহাক্তি মহাকপু য়েংবা ফাওবা চৎলুদে অদুগা মহাক্তি...

মনোজ : ঐহাক চৎলুই। মিনিট তরাদগী হেন্না মাগী খুয়ারোমদা লেপ্পুনা লৈখি। মহাক্না অমুক্তং ঐগী মায়কৈদা য়েংলকখি, অদুগা মকোক্তা মোন্না কৃপশিল্লগা মমায় লৈথোকখিরম্মী। ঐনা মাগী ব্যবহার অসিদা ঐবু ইকায়বা পীবনি হায়না করম্না খল্লোইদগে? আত্মাঘাট তৌবা মপাগী মচাবু তাইবঙসিদা কনানা ইকায় খুম্নবীগনি... *(য়াম্না লূনা খনবগুম উরি)*

মুরারীলাল : *(কারোমদা মায় লৈশিল্লগা)* নহাক্কী নপূরোইবা শিখিবা কয়াম কুইখ্রে?

মনোরমা : *( লৈরিবা মফমদুদগী)* ঐনা মাবু মশক উখিদ্রি... লুহোংবগী থৌদোক অমত্তা ঐহাক নিংশিংবা ঙমদে।

মুরারীলাল : ঐখোয় খুদিংমকসে লোয়না ব্লারবনি।

মনোরমা : ঐহাক্তি করিমত্তা ব্রাবীদে।

মুবারীলাল : নহাক নুপী অমা ওইরগা অদুম্না হায়রিবরা ?

মনোরমা : নুপানদি লুপ্রাবী ওইবগী ব্রাখলদি কৈদৌঙৈদসু তৌরুদে? মরম অসিনা ব্রাফম অসি নুপীশিংতনা হায়বা ঙমগনি। ব্রাফম অমনা ঐগী পূক্নি অসে থাজগী মায়থোংগুম, থাবলগী মঙালগুম পাবুংগী ঙৌরবা কোইগী মরুম থুপ্না মচু কয়া অমদি কলমগা লোয়ননা চাউরকখিবনি। ঐঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী অব্রাৎপা হায়বদু খঙলমদে। অমুক্তসু উন্নদ্রিবা মীশক্তুনা চৎখিবদা... মদুগী নুংঙাইবনা করিনো? অদুগা অব্রাবনা করিনো ?

মুরারীলাল : *(ঙাইহাক খল্লগা)* নহাক্লা রজনীকান্তগী লাইদু নশানা পামজনা য়েকখিবরা?

মনোরমা : লাইদি ঐহাক ইশানা য়েকখিবনি। মফমসিদগী চৎত্রবা তুংদা মসিদা মচু শঙগনি হায়না ঐনা খনখি... অদুবু চন্দ্রকলানা ঐঙোন্দা তকশিনবদগী মদু লোয়নবা য়েকখ্রবনি।

মুরালীলাল : চন্দ্রকলানা? ঐহাক রজনীকান্তনা শোকখিবসে য়াম্না নুংঙাইতে... ঐগী থম্মোয়না খঙই অদুগা ঈশ্বর মানসু খঙলমগনি।

মনোজ : অরাবদুমক্তা চন্দ্রকলাদু নারবনি। ঐহাকসে মীওইবগী অশোয়বশিংবু কয়াদা কৃপ্না নৈনরিবা মীশকনো হায়বদু অদোম খঙলিবনি... মরম অসিনা মহাক্লা নারিবসে ড্রামানি হায়না খল্লি।

মুরারীলাল : অদুবু ঐনদি খঙই... *(খঙহৌদনা তৃমিন্না লৈখি)*।

মনোজ : অদোম্না উবীহৌদ্রবরা ? মফমসিদা মহাক্কী অশিবা হকচাংদু পুরকপদা মহাক্লা করম্না চঙলক্তুনা য়েংলখি অদুগা করম্না রুমালনা মচিন্দা খুল্লগা চেনখিবগে? মফমসিদা লৈরম্বা তারবদি কপ্লমগদবনি।

মুরারীলাল : *(স্বর শাংনা হোল্লগা)* মহাক্কী থম্মোয়দি য়াম্না থোৎলি। মনোজ...। মহাক্কী অশোকপদু উরগা পাখৎলম্মী। পাখৎপদুদা মহাক্লা নঙগী রাখল তৌখিদে.. নৎত্রবদি নঙগী চিঠি ফংবা নুমিত্তুদা... নুমিৎ অদুদা মহাক রাজখিবনি।

মনোজ : রারম্বা য়াই...। ঐগী য়াইফনবগী রাখলসু মাগী থম্মোয়দা লৈরিবনি... অদুবু...

মুরারীলাল : *(চেকশিন্না)* অদুগা কৈদৌরবা ?

মনোজ : তোক্লসিদা। করিসু নত্তেদা।

মুরারীলাল : য়ারোই-য়ারোই, ... হায়যুনে।

মনোজ : ৱাফম অদু অদোমদা হায়বা য়াবা নত্তে। *(খোঙথাং অনী মাঙদা চঙশিল্লগা মপান্দা য়েংই)।*

মুরারীলাল : অদুবু ঐদি নহাক্তা মঙোন্দগী হেন্না থৌশাদনা উরি। মনোরমা! ডাক্তর সাহেবপু মফমসিদা খরা থারকউ।

*(মনোরমা থোকখি)*

মনোজ : ঐবু চেকশিন্দে হায়বা ?

মুরারীলাল : হোয় নঙবুনি। ঐগী তুংগী আশা করিনো নহাক ফজনা খঙলিবদুনি? ঐনা নখোয় অনীবু করম্বা মওংদা উবা পাম্বগে?

মনোজ : মদুদি ঐসু খঙই। অদুবু শুপ্নগী অদোমগী অপাম্বা অদুনা আশা অদু থুংহনবা ঙমলোই। ঐখোয় অনী অমনা অমদগী কয়াদা লাপ্নরিবনো... মসিগী ৱাফমসিসু অদোম্না খঙবীবা তাবনি।

মুরারীলাল : অদুবু লাপথোক্লরিবসি নঙনা থোকহনবা ওইরম্লবদি...

মনোজ : নত্তে... ঐনা লাকথোক্লবগীদমক্তা অসিগুম্বা থবক অমত্তা তৌখিদ্রি... অদুবু মসিদা ঐগী অধিকারদুসু লৈরিবনি। ঐনা করিগুম্বা মসিনা কান্নে হায়না খল্লম্লবদি...

মুরারীলাল : অদু ওইরবাদি মদু ঐহাক্কী অমদি নখোয় অনীগী লাইবক থিবনি হায়না খনগনি। হৌজিক নঙনা লুপ্তাবীদুগী মখুৎ পায়রুবদু... মদুগী অর্থ করিনো ? ঐহাকসু নঙগী চহী মতাংদুদা লৈরম্লাবনি। ৱাফমশিংসে ঐহাকসু মূন্না খঙই।

মনোজ : *(লাংতক্লনা)* লুপ্তাবী হায়বসি... অদোম্না খণ্ডবীদ্রে.. নৎত্রেগা খণ্ডলম্বসু য়াই... মৈ অমসুং হূগী মশক্তি, কনাগুম্বা নুপা অমনা মসিবু শোক্লগা নৎত্রেগা থক্লগা হিংবা ঙমলোই। মাবু ঐগী নুপী ওইরগে হায়দুনা মাগী মখূৎ পায়খিবা নত্তে... পূন্সি চূপ্পা লুহোংদনা লৈননবা মাগী মখূৎতু পায়খিবনি। *(বাঁসী খোংঙি। মুরারীলাল ফুক লাউনা চৌত্রিন্দগী হৌগৎলকই অদুগা মাগী মখূত্তগী বাঁসীদু মুল্লি। মনোজশঙ্কর হন্না-হন্না মকোক লুকথরদুনা মাঙ্গোল মখাদা তিন শিংলি)* অসুক ফিংলিবা করিগীনো?... চিন্দগী ঈ থোরক্লে।

মুরারীলাল : ঐঙোন্দনা নোংমৈ কাপ্পগা নঙনা নুংঙাইনা বাঁশী খোংলিবরা? নহাক...

মনোজ : নোংমৈ কাপ্পবু অকনবা ওইনা লৌরবদি নোংমৈ কাপ্পগা বাঁসী খোংদুনা লৈবদি খ্বাইদগী অকনবা অমদি খ্বাইদগী অথোইর্বনি হায়নিংই। মদুম্না ঐনা তৌবা ঙম্লবদি ঐহাক অসে যাম্না চাউরবনি... অমদি মীওইবা জাতিদগী হেন্না চাউরে খনগনি।

মুরারীলাল : মীওইবদগী হেন্না চাউবদি লাইনি।

মনোজ : হোয়, মতাংদুদদি ঐসে লাইনি হায়বা য়াই।

মুরারীলাল : অসুম্না করেম্লবসে নহাক্না কদায়দগী তম্লুবগে?

মনোজ : পূন্সিসিনা অসিগুম্বা ব্রাহৈশিংসে নুমিৎ খূদিংগী তম্বীরি। মীওই কয়ামকমদি পূন্সিগী শিক্ষাগী মরমদা পূক্রিং চঙবীদে... মরম অসিনা পাউতাক পীবা মী অমদি ফিলোসোফর কয়া ওইরি, অদুগা মদুবু তারিবশিং অমদি অখঙবশিংদি ঐদৌনা করেম্লবা য়াওই।

মুরারীলাল : নহাক ঐগী মরমদা করিমত্তা খঙ্‌দরা?

মনোজ : মদুদি করম্না?

মুরারীলাল : নহাক পূম্বি চূপ্পা লুহোংদনা লেপ্পগনি হায়রি। অসিদসু নত্তে, কান্নদবা ব্রা কয়ামরুম নহাক্না হায়রি। চহী তরাগী মতম হৌখ্রবনি। ঐগী ইফমদা নঙনা করম্বা ব্যবহার থম্লি নশামক্লা খঙলিবদুনি।

মনোজ : ঐগী অব্বাবসে ঐগী থম্মোয়দা হিরম খূদিংদা লৈরবনি। ঐনা করিগুম্বা করেম্নব্রবদি ঐহাক হিংদুনা লৈবা ঙমলোই। ঐহাক শিখিবা তাবনি। অদোম্না মসি পাম্বীরবদি ঐগী লম্বী অসি হোংদোক্লোরা হায়বীযু।

মুরারীলাল : ঐদি ঐগী লৈজবা পূম্বা থাদোক্লগা নহাকপু নুংঙাইহনবা পাম্লিবনি। মদুমক তৌদুনা লাক্লিবনি... মদুমক তৌদুনা লৈখিগনি। রজনীকান্ত শিখিবদু ঐগী অপাম্বা নংতে; অদুবু ভগবন্তদগী শেল লৌবদি ফত্তবনি হায়না খন্দে। মহাক্না অতোপ্পশিংদগী লুপা কয়া নমথাক তৌদুনা লৌখ্রবনি... মসিবু লুট তৌবনি হায়না খল্লবসু মঙোন্দগী লুট তৌবসিদি... ঐদি লাল্লি হায়না খন্দে। মসিদসু নত্তনা নহাক্না মীরৈবাক চৎপগী সমস্যাসু কোকহনখিবনি।

মনোজ : *(বাখল মূন্না তৌরগা)* অদুদি রজনীকান্ত শিখিবগী মরূওইবা মরমসিদি ঐনা লন্দনদা চৎপদুননি, মদুমক্তি ঐনা কৈদৌনুংদসু পামজখিদে... মদুদি লাইরদনা ঐদি মঙদফাওবা মঙখিদে। হিংনবা অমদি শক্তি তান্নবা লৈবাক্নুদগী ঐনা করিবু ফংগদৌরিবা? ঐনা মফমদুদা করি আশাবু লৈদুনা চৎনীংগদৌরিবনো?

মুরারীলাল : সিবিল সর্বিসকীদমক্তনি।

মনোজ : মসিনিনে অদোম্না খঙবীদ্রিবসে, ঐদি অশিবা... *(মঙক হাইরদুনা)* চহী তরাগী মমাঙদগী অশিবগুম্না হিংলিবসিদা, সিবিল সর্বিসকী অপাম্বদু করিগী লৈফম থোকপগে?

মুরারীলাল : নহাক্না নশামকপু অশিবা হকচাংগুম্বনি হায়রিবরা ?

মনোজ : তশেংবনি! ঐহাকসে অশিবমক্নি। ঐহাকসে আত্মাঘাট তৌবা মপাগী মচা... অচৌবা ফম অমদি মিংচৎকীদমক ঐসে পোক্লকপা নত্তে। মহাক্না করিগীদমক আত্মাঘাট তৌখিবনো হায়বদু ঐনা খঙদ্রিবখে..., মতমদু ফাওবদি... *(খঙহৌদনা অরুবা রাখলদা লূপ্লুনা লৈ)*

মুরারীলাল : *(লাংতক্লবা খোঞ্জেলদা)* ও! নোংমদি খঙলগনি করিগী তহা-তহারিবনো? মদুগীদমক্তা...

মনোজ : *(তনিকপা খোঞ্জেলদা)* অদুবু নোংমদি খঙলক্কনি হায়বা? মদুদনি চিংনরিবসি। মতমদুদা ঐহাক চহী তরানিথোইতা ঙায়রম্মী, ঙসিদি চহী কুননীথোই শুরে... যুগ অমরোম ফাগদৌরে.. অনৌবা মীরোল অমা লাক্কদৌরে... অদুবু মহাক্না করি মরমগী আত্মাঘাট তৌখিবনো হায়বা অরোনবা অসিদি... করি মরমগী ওইগনি? হৌজিকমক্তি হান্না-হান্নগীদুনি।। করিগুম্বা ঐনা ঙসি শিবা তারবদি?

মুরারীলাল : *(জ্ঞান লাকপগুম)* অদুদি করি তৌগনি ?

মনোজ : অরোনবা পোৎলুম অসিনা ঐগী আত্মাবু রাহন্দুনা লৈরগনি... মপোক অসিদা, মথংগী মপোক্তা, অমদি অহুমশুবা মপোকতসু *(স্বর কন্না হোনবগা লোয়ননা মহাক্না হকচাং নীকপা হৌরকই)*

মুরারীলাল : মহাক আত্মাঘাট তৌখি.. মদুদি ঐসু খঙই... অদুবু করি মরমগীনো?... করিগীদমক্তনো? হিরমসিগী মতাংদদি ঐহাক নঙোন্দা থোইদোক্লা হায়নিংদে।

মনোজ : *(খংলদুনা)* অদোম হৌজিকসু লোৎশিনবা পামবীরিব্রা? অদু ওইরবদি বাঁসী পায়বগী মহুত্তা ঐসু নোংমৈ পায়বা তাবনি।

*(মহাক্কী মায়থোংদু অশাউবগী শক্তম্নি অদুগা মহাক্কী হকচাংদু নোংলৈ-নুংশিংকী মতমদা উপালনা হাইবগুম লেংঙকই।)*

মুরারীলাল : *(অকিবা অমদি অশাউবগা লোয়ননা)* নঙোন্দা কনানা করি হায়জিনবীরে? নহাক ঐঙোন্দা অদুম্না য়েংলিবা করিগীনো? মসিদা ঐগী ইরাল অমত্তা লৈতে হায়বসি ঈশ্বরনা খঙগনি। কান্নদবদা নঙনা ঐঙোন্দা চিংনরি। মহাক ঐগী মরূপ ওইরম্বনি। ঐখোয় অনী অঙাং ওইরিঙৈ... নহা ওইরিঙৈ মতমদসু পূন্না লোয়নরকখিবনি। ঐখোয় অনীদি হকচাংনা অনী ওইজরবসু থন্নায়দি অমখক্তনি হায়বসি সংসার অপূম্বনা খঙলিবনি।

*(অমুক্লা মনোজগী মায়কৈদা অমুকনা লৈমায়দা য়েংঙি। মহাক্কী মায়থোংগী কুচু খঙহৌদনা ঙাঙলকই অদুগা মমৈথংদা মুশিল্লকই। মহাক স্বর ফুয়না হোল্লকই... মদুদা মহাক্কী মথবাক্তু অমুক ব্রাংখৎ অমুক নেমথ তৌরকই। মখূৎ ওয়না মমিৎ নোইরকই। মনোজশঙ্কর অশাউবা অমদি থওইদবা মীৎয়েংনা মহাক্কী মায়কৈদা য়েংলকই।)*

মনোজ : *(অকনবাখোঙ্জেলদা)* মখা তাথবীয়ু...

মুরারীলাল : *(কিবগা লোয়ননা)* করি হায়দোইনো হৌজিকপু?

মনোজ : বস লোয়রে। হায়নিংবা অমত্তা লৈত্রে ?

মুরারীলাল : *( চেকশিন্না)* লৈত্রে...

মনোজ : *(মখূৎ ওয়গী খূৎশাশিংদুনা কন্না মকোক্তা পায়রি। খূবীনা মহাক্কী ওয়থংবা মনাকোংদু মখাদগী কন্না নম্লগা মথক্তা ইনখৎলি। নাকোংগী মখাথংবা উনশাদু মথক্তা কাখৎলকপগুম উরি। য়েৎথংবা মখূৎতু হন্না-হন্না হাইরদুনা)*

অশম্বা মওংদা হায়বা য়ারোই... শন্দোক্লা হায়গদবনি। শম্বা হায়বগী মতমদু হৌখ্রে... হৌজিক্তি শন্দোক্লা হায়গদবা মতমনি। পুং অমা-অনী শন্দোক্লা হায়বদুনা চহী তরাগী অশম্বা ব্রারীশিংদো ময়েক শেংলগনি... ময়ামদুগী অর্থশিংদু ফোঙদোক্লগনি। য়ারে, হায়থবিরকউ।

মুরারীলাল : নঙোন্দা ঐনা আশা চাউনা থনম্বনি... মরম অসিনা *(লাংতক্লবগা লোয়নননা মঙোন্দা য়েংই)*

মনোজ : *(খাঙওমদবগা লোয়নননা)* অদোমগী আশাদু মদুখক্তরা... অমুক্কসু লৈরিবরা। *(মঙোন্দা খানা য়েংলগা মকোক নোম্লদুনা)* ইরায় লাইনা মাগা লোয়নননা... অদোমগী আশাগী পোৎলুমদো থাংবা ওম্বা মীশক্তো ঐবু ওইহনবীয়ু। অদোমদি মীগী মতেং পাংবীয়ু। চন্দ্রকলাগী থম্মোয়দদি ঐগী মফম অমত্তা লৈতে... লৈতবগী মরমদি ঐহাক নুপা থোক্তে হায়বগীসু নত্তে... চন্দ্রকলা লিশিং কয়ানা ফিগাও শাদুনা ভিক্ষা নিরগদবা ঐঙোন্দা কলাদু য়াওদে হায়বগীসু নত্তে। ঐঙোন্দা শুপ্নগী পোৎশক অদুখক লৈরমদে, রজনীকান্তগী মোমোন মীনোক্তা মীৎত্রং য়াওরম্মী, মহাক্কী চমজরবা থম্মোয়দা আশাগী মমি অমা য়াওরম্বদো ঐঙোন্দা লৈরমদে। ঐগী ইহৈ-ইশিং, ব্রাথল্লোন হীরম খূদিংদা ঐগী হৈথোই -শিংথোইবা মতৌ

অমদি চাউথোকচবা পুন্নমক অরেম্বা তারেদনা। ঐগী থম্মোয়নুংদদি অন্নাবগী মৈরীদু চাক্লি মরম অসিনা ঐঙোন্দগী চন্দ্রকলানা আশা অমত্তা উদ্রে... ঐঙোন্দা লৈরিবা খরসে মহাউ য়াওরমদ্রে হায়বসি মহাক খঙলে। অতোপ্পা অমনা রজনীকান্তদি নুংঙাইরবা মঙলান অমগী মতৌগুম *(বাঁসী হাইরদুনা)* মপুঙ ফাদ্রবা তালগী মতৌগুম মাগী মাঙদা থোরক্লম্মী অদুগা মীৎকুপতুমক্তদা মহাক মায় পাকখ্রে... ঐহাক্তি মায়থিহৌরে। ঐহাক মায়থিরবসু হিংলিবসিনি... হিংবগী অর্থদুনি ঐনা মফমসিদা লৈরিবসে, অসিগুম্বা ফিভমসিদা... *(মোমোন নোক্লগা)* নুপী ওইবীশিংগী মফমদদি লৌশিং অমদি বিদ্যাগী কান্নবসু থোইদোক্লা লৈতে। *(অমুক মোমোন নোক্লগা)* প্লেটোগী প্রজা শাসন্দা কবিগী মফম ফংখিদে ... নুপী ওইবীগী নুংশি লম্বীদা লৌশিং অমদি জ্ঞানগী চন্নফমসু লৈতে ।

মুরারীলাল : অদুবু, নঙনা মাগী লমচত্তা অসুম্না মরাল শিবসিদি...

মনোজ : কনাগী লমচত্তা ?

মুরারীলাল : চন্দ্রকলাগী ?

মনোজ : ঐদি খনদে...।

মুরারীলাল : নঙনা শেংনা চন্দ্রকলানা মাবু নুংশি হায়না হায়রিবসি করম্না হায়রিবনো?

মনোজ : ফরেনে... অদুদগীদি...

মুরারীলাল : অদুদৈ হায়ববু মসিনি, নঙোন্দা অসুম্না হায়বগী করি অধিকার লৈবগে? মীগী লমচৎত্তা অসুম্না হায়জিনবসিদি...

মনোজ : মসিবু লমচৎকা করি মরী লৈনবগে? মহাক্কা করিগুম্বা মাবু নুংশিবা তারবদি মাগী লমচৎতু হেন্নদুম শেংবা হায়বদু ওইরগনি। মসিবু করিদা ফৎত্রবগে ?

মুরারীলাল : মসিবু ফত্তবা নত্তে হায়বা ?

মনোজ : ফত্তবা শুকনৎ নত্তে। নুংশিবা হায়বসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা নুপীশিংগীদমক্তদি ফত্তবা হায়বদু লৈতে। নুপী হায়বা কাঙলুপসিদা 'মীনুংশি' হায়বদু চেনবনা থোইদোক্লা মখোয়বু থাগৎনরিবনি... মীনুংশিগীদমক মখোয়সে পোক্লিবনি... নুপীগী লম ;ৎতা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা মখোয়গী মগুণদি নুংশিবনা ওইরিবনি অদুগা মহাক্তি মাগী অহানবা নুংশিজবনি। মসিবু কদায়দা ফৎতবগে? নুংশিবা হায়বসি উকিলদগী রায় লৌরগা নৎত্রগা জজদগী অয়াবা চে পায়রগা নুংশিগদবা নত্তে। মশাগী অনীংবা খ্বাখলদুদি প্রকৃতিগী নিয়মনি... মদুদি লমচৎকী অফবা মগুণদুনি, ফত্তবা মগুণ নত্তে।

মুরারীলাল : নহাক্তি ঐগী অবাবসে চাম্মরক হন্না হেনগৎহনবা পাম্মী। ও !

মনোজ : অচুম্বা হায়বদবু খ্বাননবগী মরম ওইরবদি...

মুরারীলাল : অদুবু অসিগুম্বা অচুম্বসি য়াওদ্রবসু থবক পাঙথোকপা য়ারবদি...

মনোজ : অদুগা থবক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঐদি কয়া থোইনা থাজদ্রে... ঐদি পুং অমা অনীদং মঙাল ফংলবদি... ঐনা অহিং চুম্না অমম্বদা লেনবা শুমগনি। *(মুরারীলাল মঙোন্দা য়েংগুকই)* হায়বীয়ু খ্বাফমদু।

*(ইমুংলোমদগী ডাক্তব থোরকই। মুরারীলাল হৌগৎত্তুনা লেপখৎলি। মনোজ পৈনা মীৎচিনা ডাক্তর সাহেবতা য়েংলকই)*

ডাক্তর : *(মনোজদা য়েংলগা)* অদুম্না য়েংলবদি অদোমগী মীৎতু শোক্লগনি। মতম চুপ্পদা চুম্না য়েংবীয়ু। *(মনোজ মোমোন নোকই)*

মুরারীলাল : ফম্বীয়ু। *(মখোয় অনী চৌক্রিদা ফম্মী)* আঃ করি ফিভমদা লৈরবগে ?

ডাক্তর : হৌজিক চপচানা হায়বা ঙমদে। হৌজিক ফাওবদি হকচাংগী করিগুম্বা লাইওং অমত্তা হায়বা ঙমদ্রি। মহাক লাংতক্লরি... খবাক অমদি কোক্তা হুমাং কাংলি। অরুম-লাইহৌদি মঙোন্দা লৈতে। ফিভম অসিদা... খবাক অমদি খয়াদি শাগদবা চাংদু য়ৌনা শাদে... মমিৎকী মচুসু মীৎকুপ খদিং হোংবগুম তৌই... মচিনবানসু খ্রক-খ্রক কংঙি। মিহুনসু অদুক হাক্লা কায়বা লৈতে... অদুবু থম্মোয়গী মীহুনদি... *(খঙহৌদনা তমিন্না লৈ)*

মুরারীলাল : *(লাংতক্লা)* করিনো... হায়বিয়ু করি তৌরবগে... থম্মোয়গী মিহুল...

ডাক্তর : ঐদি চিংনজে হায়দুনা অদোমদা হায়জখিবনি অদুগা *(খুদাং ঘড়ী য়েংলগা)* য়াম্না মূন্না য়েংলবা মতুংদা মহাক্কী থম্মোয়গী মিহুন অসি লেপখিবা য়াবগী মওংদা লৈরে হায়বসি খঙবা ঙমই।

মুরারীলাল : *(পাখৎতুনা চৌক্রিদগী হৌগৎলগা)* থম্মোয়গী মিহুল লেপখিবা য়াই হায়বা ?

ডাক্তর : ঐহাকসু চিংনরিবনি।

মুরারীলাল : *(মনোজদা য়েংলগা)* তাওনে ইবুংঙো... নঙোন্দদি মসি ড্রামাগুম থোক্লমগনি?

*(ডাক্তরনা ঙক্লা মনোজদা য়েংঙি)*

মনোজ : করম্বা ফিভমদা অমদি করম তৌনা লায়না অসি ওইরক্লিবনো হায়বদু ডাক্তর সাহেবনা খঙবীদ্রে। নৎত্রবদি ডাক্তরনা মাগীদমক অসুক ৱারমলোইদবনি।

ডাক্তর : *(মুরারীলালদা)* মহাক্কী শিংলিদা ঈগী ঈচেল কনখৎনবা হিদাক থাবা তাই।

মনোজ : মতৌ করম্মা? ইনজেক্সন কাপ্লগা...

ডাক্তর : হোয়...

মনোজ : মসিগী অর্থদি অদোম্মা হৌজিক মঙোন্দা লায়না লৈব্রা লৈত্রবা খঙদ্রি, অদুবু হৌজিক্তি শোয়দনা লৈরগনি। অদুগা ঐহাক্তি অরেম্বদা মাগী হকচাংবু ৱাহনবা পামদে।

ডাক্তব : *(মোমোন নোক্লগা)* ফৈনে, খূৎতদি বাঁসী পায়রি। কবি অর্মদি ঈশৈ শকপা মীদি ৱাখল য়াম্মা খনগল্লি। অদোম্মদি য়েৎতুম্মা থিনববু করম্মা খাঙবা ঙমগনি? ঐনা মাগী মরমদা চিন্তা তৌরিবসে অদোমদগী হন্থদে হায়বসি অদোমদা খঙহনবা পাম্মী। খেন্নবদি অসিখক্তনি অদোম্মা মাগী হকচাংবু অৱাবা পীনিংদে... মহাক শিবা তারবসু... অদুবু ঐদি মাবু হিংহনবা পাম্মী, মহাক্কী হকচাংনা ৱাবা তারবসু।

মনোজ : মহাক্কী থম্মোয়গী মিহুল লেপকদৌরে হায়বা অদোম্মা করম্মা খঙবীবগে...

ডাক্তর : লাইওংদি মদুমক্কি...

মনোজ : লায়না অনীগী লাইওং করিগুম্বা মতমদা চপ মান্নবসু য়াওই।

ডাক্তর : ফরে, মরৈদু কোন্না তৌবীয়ো। মহাকপু হান্না ফহনখিসি... ঐঙোন্দা মতম লৈত্রে... অদুগা মহাক্কী ফিভমসু হৌজিক খরা লুনা লৈরি। *(মুরারীলালদা)* ঈশিং খরা লুমহনবীয়ু।

মনোজ : ডাক্তর সাহেব, অদোমগী অপাম্বা ফীসতো পীহনজগনি। অদুগা অরেম্বদা মাবু ব্রাহনবদি তৌবীগনু।

ডাক্তর : অদোমসে অঙকপা মী হায়বদুনি... অদোম্বু হান্ননা করিগী হিদাক থাবীরমদ্রিবনো? ফীস পীবিনবসু লৈরে। অনাবনা শিরগা ঐনা ফীস পুদুনা চৎকদবা *(মুরারীলালদা)* সোমনা কনানো?

মুরারীলাল : *( তৌফম খণ্ডদনা)* ঐগী মরী-মতা অমনি...

মনোজ : ডাক্তর সাহেব! অদোম্মা লায়নাসিগী হৌরকফমদি থিজিনবীদ্রে। লায়নাদু ভাবনা শাবগা হিদাক থাবিরে। মদুগী ফলনা অদোম্মা সঞ্জিবনী পায়বগুম্মা লৈরি অদুগা শিবগী চাংদি নোংম- নোংমগী হেনগৎলকই। অদোম্মা চন্দ্রকলাগীদমক ব্রাবীরুগ নু... ঐনা মাগী হিদাক তৌজগনি। অদোম্মা মাগী অনাবসি হকচাংদা নাবা নত্তে ব্রাখল লায়নানি হায়বসি পুং অমগী মতুংদসু খঙবা ঙম্বীদ্রি মাগী লৌশিংগী শক্তিদু খঙহৌদনা লাকপদগী খাঙবা ঙম্মক্ত্রে, অদোম্মা হঞ্জিন-হঞ্জিন থম্মোয়গী মিহুনদু লেপহন্নবা হোৎনবিরি। *(মুরারীলালদা)* ডাক্তর সাহেবকী ফীস লুপা মরি ওইরবদি, লুপা নিম্ফু পীবিদুনা বিদায় তৌবীগ্নো। ঐনা মাবু মিনিট তরাগী মনুংদা ফহনজগে। ঐহাক ইশামকসু অসিগুম্বা লায়নাসিনা নাবা য়াওই, খোঙ-খূৎ পঙথরকই, লৈসু

ফাজিল্লকই, মীৎ উরক্তে, *(থবাক্তা মখুৎ থল্লগা)* অশাবা নুংশিং কোক্তা হাইগৎলকই। ডাক্তর সাহেব, ময়ামগী ওইনা চাংচত্তা মিনিট অমদা মীহুল কয়াম হুন্নবগে?

ডাক্তর : *(হৈনিংদবা খোঞ্জেলদা)* হুস্ফুতরাদগী মরিফুমরি-মরিফুমঙা ফাওবনি।

মনোজ : য়াম্লবদা কয়া ওইবা য়াবগে?

ডাক্তর : চাম্মগা কুম্ল্লাদা শিবা য়াই।

মনোজ : অমুখক মিনিট অমদা ঐগী মিহুন চাম্মগা হুস্ফুমঙারক হুনখি। ঐহাক হৌজিক হিংলিবসিনি...

ডাক্তর : *(ঙক্লা)* অদুগা টেম্পরেচরদি কয়া ওইখি...

মনোজ : চপচানা লৈখি, মরিফুতরানিপাল নৎত্রগা মদুদগী খরা হেনখি। ডাক্তর সাহেব, ব্রাখলগী লায়নাদা অদোম্না করিসু তৌবা ঙমলোই। লান্না লৌবীগনু... হিরম অসিদা অদোমগী ইংরাজী পথাপতু হৌজিক য়াম্না শোত্থরি। অদোম খ্বাইনদি লায়না খুদিংমকপু হকচাংগীদমক খল্লগা হিদাক থাই অদুগা হকচাংনা লায়নাশিংদু ওইরকপগী মরমনি হায়না খল্লি, অদুবু অয়াম্বা লায়নাদি থব্রায় ব্রাবনা ওইহল্লি। অদোম্না চন্দ্রকলাগী থম্মোয়গী মিহুল লেপ্পগনি হায়না খল্লি... ঐনা খঙজবদদি খঙহৌদনা থোকপা থৌদোক অমনা মহাক্কী লৌশিংগী শিংলিদা অব্রাবা ব্রাখল পোকহনল্লে। অদোম মফমসিদা লৈবীরম্মু, ঐনা মাবু কোয়রুনবগীদমক সহরগী মায়কৈদা পুরগে।

ডাক্তর : অদুবু অদোম ইশাদি অনাবা মী ওইরগা অতোপ্পবু করম্না লায়েংগদৌরিবনো?

মনোজ : মরমদি ঐনা ইশামকপু লায়েংজদুনা য়েংলবনি। অদুগা কান্নবসু ফংভ্রবনি। ঐহাক্কী অনাবদি হৌজিক ফবা ওমদ্রি অদুবু ঐহাক হৌজিক শিখিরোই হায়বসিদি তশেংনা লেপচবা ওল্মী। ডাক্তরগী বা লৌরন্নবদি ঐহাক হৌজিক থব্রায় থারম্বসু য়াই। মীওইবনা মশা ফনা লৈনবগীদমক পূক্লিংগী শক্তিনা মাগী থম্মোয়নুংদা লেপ্লা লৈতনা থবক তৌরিবনি... ঐখোয়না নারিবসে শিননবা নত্তে, হকচাং ফনবগীদমক্লি। মহৌশা লাইরেম্বীনা অনাবা হায়বসিগা লোয়ননা মীওইবগা মরী থনম্লিবনি... অদুবু অদোম খ্বাইনদি অশিবগা লোয়ননা মরী থম্বীরি... অদুগা মসিদগী খূদিংমক অকায়বা ওইরকই। *(মুরারীলাল চৌক্রিগী খূৎপাইফমদা নোঙ্গুরগা মমিং উইশিল্লি।)*

ডাক্তর : হায়বগী অর্থদি অদোম্মা হৌজিক অনৌবা লায়েং পথাপ অমা পুথোক্লবা হোৎনবীরি।

মনোজ : নত্তে সাহেব... থায়নগী চৎনবী অদুবু অমুক হন্না নিংশিংজবনি। থায়না মমাঙৈদা মীওইবগী মশা অসি হৌজিক্কী মতমদগী হেন্না ফরম্মী... মরমদি মতম অদুদা ডাক্তর লৈরমদে। মীওইবদি লৈরম্মী অদুগা পাঙ্গল অমদি পূক্নিংগী তুংনফমদি প্রকৃতিনা ওইরম্মী। হকচাং ফনবগী খূৎশেমগী উপায়শিং অমদি লিক্লিদা হাপ্পা হিদাকশিং অসিনা মশা ফনবগী মরূদু ককথৎপীরি। হকচাং ফবা হায়বদুদি অদোমগী আলমাড়ী মনুংদা হাপ্লগা থম্বগুম্লে... অদুবু মদু মতম কুইনা চৎনবদি য়ারোই। প্রকৃতিনা শোয়দনমক লমন খুন্নকনি। প্রকৃতিগী লম্বীদা অমুক হল্লকপা হায়বসে... লায়না চেন্দবগা চপ মান্নে।

ডাক্তর : অদোমগী ফিদমসিদি থায়নগী মীশিংদুগুম্বনি, চাউখৎতবশিংদুনি, মফি মরোল শেৎতবশিংদো...

মনোজ : অদোমদি ইশাগী ফিজেৎতা ঙাওরবনি... অদোমনা চাউখৎপনি হায়রিবদু মদুগা ইরোয়ননা মওং কায়রকপা অমদি ফত্তবসু হেনগৎলকইবনি।

ডাক্তর : অদোম মরৈ তৌবা য়াম্না হৈ হায়বসি ঐহাক খঙই। *(মুরারীলালদা)* সোমনা করিদা লেপ্পীরবগে?

মুরারীলাল : (তৃপ্তবদগী মিংকপ থোক্লকপগুম) ঐহাক জ্ঞান তাবা ঙমদ্রে!

ডাক্তর : অদোমগী মফমদা অনীংবা-অপাম্বা অমত্তা লৈত্রে। লান্না লমজিংবা য়াবা ব্রাহ্মণশিংসিনা অদোমবু কঙাওনহল্লে, ইশাবুসু...

মুরারীলাল : অহোই চুম্মী, অদোম্না তাকপীরবদু অচুম্বমক্তি। ঐহাকসে ইশা ইথত্তা নিয়ম থুগায়জরবনি। ঐনা ইশাগী পুক্নিবু মশক খঙজদ্রে, ঐগী ক্বিদমসু লৈত্রে। ব্রায়েনশঙগী থবক্তসু থম্মোয়সে মীপাইরে।

মনোজ : *(ঙাইহাক খল্লগা)* করিসু কায়দে, ডাক্তর সাহেব! চন্দ্রকলা মতাংসিদা কোয়থোক্লুবা য়াত্রা নৎত্রগা য়াদবরা?

ডাক্তর : ঐদি মহাক ফমুংদগী হৌগৎপা ঙমগদবা মান্দে খল্লি।

মনোজ : হা... হা... হা... *( নোক্লদুনা)* চানবীদুনা ময়াম অমুক্তা *(ওয়থংবদা লৈরিবা অকোয়বা কাদুনা খুৎ থিল্লগা)* কা অসিদা চঙবীয়ু। ঐদি মাবু পুরগা কোয়থোক্লুবা তারে...

ডাক্তর : করিগীনো?

মনোজ : ব্রাফমসি অদোম্না খঙবা ঙম্মীররোই। হিদাক দরকার ওইদে, মীনুংশি অমদি অচিকপা মফম দরকার ওই। ময়ামবু উরুরগা মাগী পৃক্লিংদা নুংঙাইতবা পোকপা য়াই। তূমীন্না চঙবীরো...

কা অসোমদা। ঐহাক অমুক্তা লাইবক য়েংজগে। মফমসিদদি খুঙ্গংগী মীওই অয়াম্বনা ঈরাং থৌনি তৌদুনা অমদি লাইশোন-তিনশোল তৌরগা অনাবা ফবসু য়াওরিবনি। অসুম তৌবনা চুমদ্রিং থোপ্তা চণ্ডখিদুনা অনাবা মীগী থাজবগী শক্তি হেল্লকই অদুগা প্রকৃতিগী শক্তিশিংদা মথৌ তৌজনবগী তাঞ্জাদু ফংহল্লি। *(ঈচং- থৌনা)* হৌগৎপীয়ু, কা অসিদা চণ্ডবীয়ু... *(মুরারীলালনা ডাক্তরগী মখুৎ পায়রগা হৌগৎলি অদুগা মখাদা কুমথরগা অতোপ্পা মায়কৈরোমদা থোকখি। মনোজশঙ্কর মনুংদা চণ্ডখি। হরনন্দনসিংহ মাঙ্গোল মখাদা শুমাংলোমদা কুমথরগা লেপ্লি, মায়কৈ মরিদা কোইয়েং য়েংখি... অদুগা থোকখি)*

মনোজ : *(বঙ্গলোগী কা মনুংদগী)* নহাক্কা চিংনরিবদু কান্নদবনি। ঐনা হায়রিবসিনি কনামত্তা লৈতে। ডাক্তর সাহেবতু হিদাক কাপ্লরা থৌরাং তৌরম্লবনি অদুবু ঐনা য়াখিদবনি। নখোয় পাবুংবুরো? কলক্তর সাহেবকী বঙ্গলোদা চৎপ্রে। ডাক্তর সাহেবতি করিগী ফমদুনা লৈরমদোইবা? মহাকসু, চৎখ্রে, অদুনবু...

*(ঙাইহাক্তি পূমচিক চিকই। মনোজশঙ্কর ময়ায়গী কাদুদা চণ্ডলক্লগা লেপ্লুনা লৈ, অদুগা বাঁসী খোংবা হৌরকই। মনোরমা অমদি চন্দ্রকলা চণ্ডলকই। চন্দ্রকলা মায়থোং লাংশিল্লি অদুগা মমিংতুসু খরা পোমখৎনা উরি)*

মনোজ : হকচাংদুবু অদুম্মা থওইদবা হৌনব্রা ? সংসারসিদা লৈরিবশিংসে লোয়নমক ব্রানরিবা ঙাক্তনি।

চন্দ্রকলা : নহাক্কা ঐবু ঙাকপীররোইদ্রা ?

মনোজ : ঐঙোন্দা নঙনা অরানবা অমত্তসু তৌখিদে।

চন্দ্রকলা : *(অতপ্না খোঞ্জেলদা)* ঐনা নঙবু খঙবা ঙম্মুদ্রে।

মনোজ : অদুবু ঐগীদি ৱাকং অমত্তসু লৈতে। মমাঙদসু অমত্তা লৈখিদ্রি... চংসি ঙসিদি তুরেল মপান্দা কোয়থোক্লুসি... ঐখোয় অনী নুংঙাইনদ্রিবসে মতম চুপ্পগী ওইনা কোকহল্লসি।

চন্দ্রকলা : করম্বা নুংঙাইনদবা *(ঙকপা অমদি অৱাবা ৱাখলগা লোয়ননা মনোজদা য়েংঙি)*।

মনোজ : মহৌশানা ফোঙদোকপদি তৌনখিদে, অদুবু ঐখোয় অনীগী থম্মোয়নুংদদি লেংদনা লৈনস্রে অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয় ঙসিদি মতম চুপ্পগী ওইনা... *(চন্দ্রকলানা নীংবা কায়না মনোজগী মায়কৈদা য়েংঙি)* মনোজশঙ্করনা মাগী মখূংতু চন্দ্রকলাগী লেংবান্দা থম্মী) হৌজিকসু নহাক চিংনরি... থাদোক্লো... কাউথোকখ্রো ... নহাক কয়াম থৌনা লৈনা অমদি ঈংনা তপ্পা থবক তৌগদগে হায়বা ঙমদ্রি? *(মহাকপু খজিক্তং ঈল্লগা)* চংলু নফি হোংদোক্লু রগা লাকউ.. নুমিদাংৱাইরম ওইশিল্লক্কে। থেংলক্লগনু। করিগীনো অদুম্মা য়েংলিববো.. পুং অমা অনীগীতা নত্তে, নোংমা নীনি চঙলবসু নংত্রগা ঐখোয় অনী অসুম্মা লেপ্তুনা পূঙ্গি চুপ্পা ৱারী শান্নরবসু খেন্নবদুদি কোকহনবা ঙম্লরোই। মসিদি শাজং-লীচং অমদি মহৌশাগী ওইবা খেন্নবদুনি... ঐখোয়গী পূঞ্জিগী পান্দমনি।

*(চন্দ্রকলা থোকখি। মতাংদুদা মনোরমা কাদুগী অসোম থঙবা ফক্লাংদা লৈইশিং চিংলি।)*

ফক্লাংদা লাই য়েক্কদৌরিব্রা ?

মনোরমা : *(মমায় লৈথোরক্লগা)* য়েকপা য়াই। ঐখোয়না তাইবঙপানবনি হায়না খঙনরিবা চাউরবা অয়েকপা লাইগুম্লবা অসে অহাংবদগী য়ুম্ফম ওইরগা শেমখিবনি। অদুবু ঐদি হৌজিক লাই য়েক্লরোই... লাই অদুনা ঐগী অরোইবা...

মনোজ : রজনীকান্তগী...

মনোরমা : হোয়, *(চীংলেম্না ৱাখল তৌরকই)*

মনোজ : করি খল্লিবনো?

মনোরমা : নুপীনা নুপাগীদমক প্রায়শ্চিত তৌবা তাবনি। নুপী ওইবীগী পৃক্তিদা খ্বাইদগী ফজবা অমদি অশেংবা অচুম্বদুদি মসিমক্নি। নুপীশিংনা মসিগীদমক্তা ৱাক্তে অদুগা নুপাশিংনা মসিবু নুপী ওইবীশিংগী অধিকারনি হায়না খল্লি। মরম অসিনা নুপা অমদি নুপীগী অধিকারশিং অসি তোঙান-তোঙান্না লৈনরীবনি। তোঙান- তোঙানবা ঙমখৈ শেমদুনা লৈনরি, অদুবু মফমসিদদি মখোয়শিংদু পুল্লপ পুনশিল্লগনি। চয়েৎনবসিগী অনৌবা উপায় অমদি লৈরগনি।

মনোজ নঙগী মরমদা অমুক্তা হায়য়ু...

মনোরমা ঐদি হয়েং ঋষিকেশতা চৎলগনি।

মনোজ হৌজিকপু করিগীদমক্তা ...?

মনোরমা *(ঙক্লা)* থোইদোকপা অরুবা ৱাফম লৈতে।

মনোজ অরুবা ৱাফম লৈতে হায়বা? *(মঙোন্দা মূন্না য়েংলকই)*

মনোরমা লৈতেদা... শুপ্নগী ইশা ইথন্তবু কাউথোকচনবগীদমক্তনি ঐহাক হৌজিক ফাওবা মচু অমদি কলম্না লাই য়েক্লুনা লৈরকপনি অদুবু ঐনা ঐগী থম্মোয়সে ইরল য়াম্না লৈনা

উরে... অসুক য়াম্বা লনদি ঐনা করিদা শীজিন্নগনি... মরম অসিনা মসিবু ঐহাক্তা শীজিন্নরগা লোইশিনবা তাবনি। মচুগী পাত্রদু গঙ্গাদা থাদরগা মালা চৎপনা হেন্না ফরগনি। ঐনা ঐগী ইথক্তা অচুম্বা বীচার তৌবা তারবদি ঐহাক য়াবা তাই। মরমদি মথ্বায় পান্দ্রবা লাইসিগীদমক্তা ঐনা মতম চুপ্পদা পূক্নিগী অনীংবদু পাঙথোকচখি... মদুদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা ফংজখি। অদুবু মদুগী অধিকার অদু ঐঙোন্দা কদায়দা লৈখিবগে ? ঐনা ঐগী হান্না য়োম্থোকখ্রবা থব্বায় অসিবু অমুক হন্না য়োম্দুনা লৈরি, অদুগা মমলসু লোয়নমক লৌথোকখ্রবনি।

মনোজ : নঙদি শৈরেং অমসুং দর্শনগী ব্রা ঙাক্তা ঙাওই।

মনোরমা : হিন্দুগী লুখ্রাবীদগী হেনবা শৈরেং অমদি দর্শন মফম কৈদসু লৈরমলোই।

মনোজ : যুগসে হোংলবনি। সমাজনা মশাগী অশোয়ববু চুমথোকচরিবনি। হৌজিক্তি লুখ্রাবী হায়বদু অমুক লৈররোই।

মনোরমা : (ঙক্লা) লুখ্রাবী লৈররোইদরা?

মনোজ : কৈদৌরগে ... লুখ্রাবী.. লুহোংবদগীনি...

মনোরমা : মীনম্বনি... মীনম্বা ...

মনোজ : কৈদৌরে ? হৌজিক কালদি তৌনরিবনি.. মদুদা...

মনোরমা : লুখ্রাবী লুহোংবদি পাঙথোক্লরি... অদুবু লুখ্রাবীদি কদায়দা মৃৎপা নাইরিবগে? সমাজনা মৈচাক অসিবুদি মৃৎথৎপা ঙমলোই, মরম অসিনা মসিবু খর মখৈ হুম্লনবা হোৎনরিবনি। নুখোয়গী সমাজ শেংদোক্লিবা রাজনীতিব্রালাশিং, কবিশিং,

অইবশিং, উপন্যাস ইবশিং, নাটক ইবশিং খৃদিংমক লুপ্ত্রাবীশিংগী পিরাংলক্তা চেঙ্গবগুম উরি। মশাগী মতিক মগুণবু কাউথোক্লগা সংসারসিগী অৱা-অনাসিদা লৃপশিনবা পাল্লি। লুপ্ত্রাবী হায়বদুদি মৃৎপা নাইরোই... খাইনবা হায়বদু লাক্কনি। হৌজিক ফাওবদি লুপ্ত্রাবীগী সমস্যা অদুতা লৈরম্বনি... হৌজিক্তি খাইনবগী সমস্যাসু অমুক লাক্লবনি। নখোয়গী ৱারী লাইরিক ইবশিংনা সমস্যা অসিবু কলাগী যুম্ফম ওইনা শীজিন্নরি। অদুগা মতৌ অসুম্না ইন্দ্রি খুদুম চনবা অমদি পৃক্লিং লাকশিনবা ঙমদবদগী লমচৎ ফজদবা হায়বদু ওইহল্লিবনি। মখোয়গী পান্দমদি য়ারিবমখৈ উপভোগ তৌবদুনি অদুগা মসিবু মখোয়না খ্বাইদগী নুংঙাইজবনি হায়না খল্লি। অদুবু উপভোগ হায়বসিবু নুংঙাইবা থবক্লা ?

মনোজ : উপভোগ হায়বসি নুংঙাইবা ওইদ্রবসু... লুপ্ত্রাবীগী পৃক্সিদি সমাজদা বদনাম ওইদ্রনে?

মনোরমা : মতৌ করম্না ! মসিদি সমাজগী ফিদম ওইরিবনি! নুপা নুপী অনীগী অপৃনবা পৃক্সি, অৱা-নুংঙাই অনীমক্কী... চিংননিংঙাই লৈতবা, থাজনদবা লৈতবা অমদি খাইনবা তৌদবা। করিগুম্বা হিরম অমদা অইশিন্নবদুনা অচুমবা মতৌনি। মতৌ অসুম্না সমাজগী ফিভম চেংহল্লি। মসিদগীসু ফত্তবা ওইবা য়াই... অদুবু লোইবা নাইদ্রবা নুংঙাইবদুদি কদায়দা লৈবগে? লুপ্ত্রাবী লুহোংবা অমদি খাইনবা ফংত্রবা অনীসিদগী অমখক খনবা তাবনি নৎত্রবদি অনীসিনা সমাজবু মাঙহল্লকনি।

মনোজ : লুপ্ত্রাবী লুহোংববু নঙনা ফত্তে হায়রিবা ? নশামকসু লুপ্ত্রাবী অমা ওইরগা ...

মনোরমা : চো... চো... চো... *(মথবাক্তা মখূৎ থম্লগা)* নহাক্কী মীচৈদুদি মীনুংশি য়াওমন্ত্রে মনোজ..! *(মঙোন্দা য়েংলগা)*... হিংচা য়াইতম্বদৌনা ঙাঙলিবা ... নহাক খজিক্তসু নশাবু ফাজিনবা ঙমজদ্রে? অদুগা নঙদি নুপানি... অসুক পীকপা থম্মোয়, অসুক পূকচেল পীক্লা হিংবা...

মনোজ : *(লাংতক্লনা)* করম্না ?

মনোরমা : নহাক ঐহাকপু কায়হৌদুনা থৌনা হাপ্পিবনি। ঐহাক লুখ্রাবীনি অদুনা ঐসু লুখ্রাবী লুহোংবদা ভোট পীগদবনি মসি নৎত্রা ? *(মঙোন্দা মূন্না য়েংলগা)* অদুবু ঐহাক্তি মদুম্না তৌরোই। লুখ্রাবীগী য়াইফনবগী মিংদা আন্দোলন অসি নুপাশিংনা মখোয় মশাগী য়াইফনবগীদমক্তা তৌরকখিবনি। মহৌশাদগী লুখ্রাবী ওইরক্লবী কনাগুম্বী অমদা হংবিয়ু হৌজিক ফাওবা নুপাশিংগী মীনোক চঙদ্রিবা ... মহাক্কী মীৎয়েংদো পৃথিবী ফাওদোকপ্রা ফাওদোক্তবরা য়েংঙু? নহাক্কী মীৎয়েংদা লুখ্রাবীশিংসি সমাজগীদমক্তা য়াথোক ওইরে, ঐনদি খল্লি, সমাজগী মীকপ থোক্লবগীদমক লুখ্রাবীশিং লৈবা দরকার ওইরি। নহাক্লা পূক্সিগী থোইদোক্লা নুপীগী পূক্সিগী অতোপ্পা পাম্বৈসু খঙলবনি.. উরবনি,... মখোয়গী থম্মোয়নুংদা অচেৎপা য়াশক লৈ, লাইনীং লৈ, কৎথোকপা অমদি নীংজবা লৈ।... মসি লুখ্রাবীগী ফিদমনি অদুগা ফিদম অসি নখোয়গী সমাজগীদমক্তদি লেমজনিংঙাইনি... মসিবু নঙনা কলঙ্কনি হায়রিবা। *(ঙাইহাক খল্লগা)* অসিগুম্বা ফিদম অসিবু মাঙহন্নবা হোৎনবগী মহুত্তা য়োকখৎনবা হোৎনরবদি নখোয়গী সমাজ অমদি ইমুংশিংদো ঙসি অনৌবা মপোক অমা ওইরগনি।

মনোজ : অদুদি ঐবু করি হায়না খল্লুগে ?

মনোরমা : খন্নিংবা খল্লু ...

মনোজ : মদুগী অর্থদি মসিনা ওইগনি *(মঙোন্দা য়েংলকই)*

মনোরমা : হায়য়ুনে করিনো?

মনোজ : অদুদি মতাংদুদা তশেংনা ড্রামা শান্নরম্লা ?

মনোরমা : *(খরা খল্লগা)* এ! নঙদি হৌজিকসু লান্না লৌরিবোইয়ে !

মনোজ : ঐনদি খল্লি মদুদি...

মনোরমা : নঙনা ঐগী খুৎ পায়খি, করম্বা আশাদা...

মনোজ : লুহোংদনা লৈরগা নঙগা পূন্না লৈগনি খনখি।

মনোরমা : মদুদা নহাক্কী নুপা ওইবগী মগুণদুদি অমত্তা লৈররোই। নহাক্না লুহোংদনা ঐগা পূন্না লৈগদবা... ৱাহৈশিংদুদি য়াম্না ফজে, অদুবু মদুগী অর্থদি করিনো? কনাগুম্বী লুপ্তাবী অমগা লুহোংদ্রিবা নুপা অমগা *(মহাক্কী পিশুমদু মথকলোমদা কয়ারক হন্না শুক্কৎলি)* কল্পনা অমদি ৱাখল য়াম্না খনবা মনোজবাবু ! সাহিত্যগী কল্পনাদি চিংননিংঙাই অমত্তা লৈতে, মদু ফজবা ৱাফমনি... অদুবু পূক্নিংগী অশেংবা শক্তমদুদি কয়াদা অকিবগী মশক ওইরিবা !

মনোজ : *(লাংতক্লনা)* ঐহাকসু করিগুম্বা খরদি তৌবা তাই... ঐহাক করি তৌগদগে?

মনোরমা : নঙদি নুপানি... নহাক্তি ঐঙোন্দগীসু হল্লিবনি, লাইরিক লাইশু নিংথীনা হৈরবনি। নহাক্না হিরম খুদিংদা ঐঙোন্দগী হেল্লবনি... ঐঙোন্দা করিগী হংলিবনো? ঐগী ইফমদা নশাবু কখোক্লিবদু নঙগীদমক্তদি য়াম্না ইকায়নিংঙাইগী ৱাফমনি...

নহাক অসুক নুপা থোক্তিবা করিগীনো? ৱাশকপা ঙাক্তনা অচুম্বা ওইবা য়ারোই... মরম অসিনা চেকশিন্না লৈবা তাবনি। ঐনা ৱাখল তৌবদদি নঙনা ঐবু পামজবদগী অসিগুম্বা মখলগী ৱাশকসে লৌরিবনি হায়বসে ঐহাক খঙলে। নঙগী পৃক্লিংদা ঐগী মরমদা আশা অমা লাক্লবনি। *(খৌরীদা মখৃৎ থল্লগা)* অয়াম্বা ৱাহৈশিং মফমসিদগী থোরকই... মখোয়শিংদুবু থাজবা ... নহাক করি তৌগদগে হায়বদু ঐঙোন্দা হংলক্কনু... নহাক্কী নুপা ওইবগী মগুণদুদা হংঙু। নহাক্কী অপাম্বদু চন্দ্রকলাগী অপাম্বদগী তাথবা নত্তে। মহাক্তি নুপীনিনা ? মরমসিনা ঙাকপীবা পাম্মী অদুগা নঙনা আত্মা জ্ঞানগী পাউতাক পীরি। মহাকপু ঙাকপীয়ু। মতম অসিদা নঙগী মরূ ওইবা থবক্তি মদুনা ওইরনি।

মনোজ : অদুবু মতৌ করম্না?

মনোরমা : নঙসু শুমহৎলে মহাকসু শুমহৎলে হায়বসি অহানবদা মসি য়াবা তাবনি। নহাক্না মঙোন্দগী ফবসু নত্তে অদুগা মহাক্না নঙোন্দগী ফত্তবসু নত্তে। *(মনোজশঙ্কর অমুক্তা হেন্না ৱাখল তৌরকই)* মহাক্না মশাগী অপাম্বদু লোৎশিনবা ঙমখিদে। মহাক রাজনীকান্তবু মাগী মপূরোইবগুম নুংশিবা হৌখি অসুম্না ভাবনা শাবা য়াই... চুমদ্রবরনে। মহাক্কী থম্মোয়দা, মাগী মীনোক অমদি চমজবা, লোয়ননা মাগী ফজরবা হকচাংগী শুমহৎপদু মমি তারমমী, মদু মতমগী মতুংইন্না মতোমতা মাঙখিগদবনি। অদুবু মহাকপু ফুবিবা অদুগা মদুসু শাথিবা মওংদা, মসিদা মরাল য়াম্না চাউনা লৈরিবসে মুরারীলাল মহাশয়নি... ময়ামসিনা পূনশিল্লগা মঙোন্দা চিংজাউগুম ওইখিবনি... মদু মহাক্না শেন্নবা ঙমখিদ্রে। ঐগী অয়েকপা লাইসি ফত্তবা কয়ামরুম ওইহল্লে। শিবা মহাদেবনা হুবু মাঙহনখি, মতৌ

অসুম্না নঙসু ফত্তবা অসিবু মাঙহনখ্রো মসিনা নঙগী নুপা ওইবগী মগুণদু হেনগৎকদবনি। মহাক লাকপগুম তৌরে। লম্বীদা খূদিংমক  পাঙথোক্লবা হোৎনৌ.. নখোয় অনী অনৌবা পূন্সি অমদি অনৌবা আশাগা লোয়নননা হল্লকউ। *(মনোজশঙ্কর তূমিন্না মঙোন্দা য়েংঙি। চন্দ্রকলা খোঙথাং অনীদং থাংলগা লেপ্পী। মনোজশঙ্কর মমায় লৈথোক্লগা মঙোন্দা য়েংঙি।)*

মনোজ : *(ফিংলপ্লা)* চৎলসি... কয়াম কূইরে লাকপা? লাক্লো চৎলসি। *(মাঙদা চঙশিল্লগা মহাক্কী মখূৎতু পায়। অসুম্না মখোয় অনী মখূৎ শম্নবগা বঙ্গলোদগী মপান্দা থোরকই। মুরারীলাল চঙলকই)*

মুরারীলাল : নঙনা মফম অসিদা লাকপসি ঐহাক মঙ্গল ওইরবনি। ঐহাক হৌজিক চোপ্প রোই।

মনোরমা : করিবো ? *(খঙহৌদনা মীকপ থোকপদৌনা)*

মুরারীলাল : ঐনা আশা তৌরুদবদো নঙনা মদু পাঙথোকলে। নহাক্তি তশেংনা দেবীনি।

মনোরমা : অদোম্না করিগুম্বা খরা তাবিহৌরব্রা ?

মুরারীলাল : খরতা নত্তে, লোয়না তাহৌরে। চহী তরাগী অৱা মৈচাক্তো হৌজিক্তি মূৎখিবসু য়ানা লৈরে। নঙগী অশেংবা শক্তমদো ওসিদি ঐনা উরেদো।

মনোরমা : থাগৎপিবা পামজদে। ঐনা পামজবদি মীগী মতেং পাংবদুনি। লুপ্তাবীগী পূন্সিদি শুপ্নতগী মীগী সেবা তৌবা অমদি মতেং পাংবদুনি।

মুরারীলাল : নহাক তশেংনমক দেবীনি।

মনোরমা : *(শাউরগা)* তৃমিন্না অমুক্তা লৈবিয়ু । অসুম্না থাগৎপীবসিদি ঐবু লক্কনবগীদমক্তা... ঐদি লুপ্তাবী হায়বী নুপীদু ওইরবনি... ঐনা ওইরিবসে অসুম্মক ওইজসনু মসি ফমল্লবনি।

মুরারীলাল : নহাক হয়েং চৎপা হায়বসিদা লেপ্লেকো। মতম থরদি ঙাইখোদনা। নঙগী মতেংদগী অমুক্তসু ঐহাক...

মনোরমা : নত্তে, নত্তে। মদুম তৌরবদি ঐগী শক্তিসে মাঙখ্রগনি। ঐখোয়গী সেবাগী মতাং লাক্লবদি মতেং পাংজগনি।

*(মনোরমা থোকখি। মুরারীলাল মপানগী মাঙ্গোলদা লাক্লগা চৌক্রি অমদা ফম্মী। মাহিরঅলী চঙলকই।)*

মুরারীলাল : করমবা ফিভমদা লৈরবগে ?

মাহিরঅলী : হিংবসু য়াই *(মকোক্তা মখূৎ থল্লগা)* অশোকপদু ইথ্বি অহুম শাংই অদুগা ইথ্বি মথায় অমা পাকই। মখোয়দি মথায় লৌরগে খনবনি। পূন্না চৈগী দাগফম কুনমরি লৈ।

মুরারীলাল : য়াম্মীহে ! মদুতা থোকহল্লিবনিনে মহাক্লা।

মাহিরঅলী : মাগী অশোকপদু উবদা ঐদি কোক ঙাওরুরবনি, অদুবু মাগী মায়থোংদি অদুম্মক মোমোন নোক্লম্মী।

মুরারীলাল : মোমোন নোক্লম্মী হায়বা !

মাহিরঅলী : নুমিৎতুগী মতৌগুম্নদি নত্তে.. অসুক শাথিনা শোক্তুনা নারবা অদুবু মাগী অঙৌবা য়াতোন্দু হৌজিকসু অদুমক লঙনা উরি... রায় সাহেবনা অদোমবু উন্নবা পাম্মী।

মুরারীলাল : হৌজিকপো ? শুকউন উন্নরোই। ঐঙোন্দা বদনাম হায়বদু ওইরনি.. মতৌ অদুম্না.. অদুগা মাগী মশক্তু য়েংনিংদে।

মাহিরঅলী : হরনন্দনমা হায়রম্মী... অদোম্মা হায়খিবা লুপা লিশিং নিস্ফুদু যৌয়রকমাল্লে। *(মুরারীলাল অরুবা ৱাখল তৌদুনা লৈ)* সাহেবতি অসিগুম্বা শেলদি কয়া থওইদবনি হায়না ঐনা হায়ত্রবনি।

মুরালীলাল : এ ! থওইদবনি হায়ত্রবা? লিশিং নিস্ফুবো ! ঐহাক জ্ঞান তারক্লে। মসিবু করিদা ফত্তবগে হায়মুনে ? অদুগা অমুকসু লুট তৌবা অমদি মীহাৎপা মীশক্তগী লৌবদবু ! *(মাহিরঅলী মঙোন্দা ওক্লা য়েংই)* চৎলু, হরনন্দনবু তূমিন্না কৌরকউ। তৌশিন্নবা ওইরমগদ্রা। ফরে, চৎলো হরনন্দনবু মতোম্মতা পুরকউ। খঙলেদনা ?

মাহিরঅলী : ঐদি অসুম্মা তৌবা পামজদে। নুপামচাদুগী ফিভম... হৌজিক ফাওবা জ্ঞান লাক্লি।

মুরারীলাল : মঙোন্দগী শেল লৌথোকপদি রজনীকান্তগীদমক্তদি ফরবনি। *(খরা খল্লগা)* ইশাগী নৎত্রবসু... নঙগী ৱাফমদুনা ফরে.. রজনীকান্তগীদমক্তা শেলশিংদো মঙোন্দগী লৌরসি। মহাক শিবা ৱাবগী ফিভমদদি লৈতে... শেল খুদিংমকসে মঙোন্দা পীরসি।

মাহিরঅলী : ঐহাক চৎলগে... অদুবু ঐনা খনবদদি... মহাক শিবা য়াই।

মুরারীলাল : শিবা তারবদি... ঙরাং নুমিদাংৱাইরম শোকপদুনা হৌজিক ফাওবদদি শিবা য়ারবনি.. মসিদগী হেনবা অতোপ্পা দণ্ডি অমা মীফম্বুদা পীনিংঙাই লৈত্রবনি। নহাক করিগী খঙদ্রিবনো? শেলসিগী ময়ায়না মহাক্না ওনরেরী মাজিস্ট্রেট ওইখিবনি... মায় সাহেবসু ওইখিবনি.. মহাক্কী ফৎত্রবা হূদো অসুম্মা লৌথোকখি। মসিদা করিসু অকায়বা লৈতে হায়না ঐনা খল্লি, নহাক চৎল্লো।

মাহিরঅলী : ঐবুদি চৎলনি... অদুবু মসিগী ফলদি...

মুরারীলাল : মহাক অরুবা ফিভমদদি লৈতেদনা?

মাহিরঅলী : মহাকপু মায়কৈ মরিদগী কোয়শিল্লগা ফুখিবনি। মথ্বায় মাঙবসু য়াই। ঙসি ব্রায়েলশঙদা অচৌ-মচা খুদিংমক্না মীফম্ভুদুবু য়াম্না থিনা হায়নখ্রবনি।

মুরারীলাল : হৈ, মহাকপু মায়কৈ কয়াদগী দণ্ড ফংসনু। চৎলো, করিগী লেপ্লিবনো?

*( মাহিরঅলী থোকখি। মুরারীলাল ইমুংদা চঙখি।)*

------

# অহুমশুবা শরুক

*(অহিংগী মতমনি। অমম্বা অহিং ওইবগী মথক্তা অতিয়াদা লৈচিলনা কূপখিবনা অমুক অকিবগী মশক ওইরি। বঙ্গলোগী মাঙ্গোলদা হান্নগুম চৌক্রিশিং থাদুনা লৈরি। ওয়রোম থংবদা লৈবা য়ুমদুগী কাগী থোঙ মনাক্তা মাঙ্গোলগী লৈমায়দুদা লালটেন অমা থাল্লি। অচৌবা কাদুগী থোংনাউদু হান্নগুম্না হাংদোক্লি, কাদুগী শরুক অমদা মপালগী লালটেনগী মৈঙালদু য়ৌরকই, অতৈ কাশিংদি মমলি। মাহিরঅলী তুমিন্না মাঙ্গোল মমাঙদা ফমলি। স্বর হোল্লিব্রা হোন্দবরা হায়বদু খঙবা ঙমদে। ইমুংদগী মনোরমা থোরকই। মনোরমা লালটেনগী মৈঙান্দা চঙশিল্লক্লগা লেপ্লি। ঙাইহাক লৈরগা মাঙ্গোলদগী থোরক্লগা মপান্দা য়েংলকই।)*

মনোরমা : ও ! কয়াদা মমত্রবনো... ঙসিগী অহিংসি মাহির ! মাহির! তুম্লবরা করিনো ?

মাহিরঅলী : তুমদে, তুম্বা নত্তেদা...

মনোরমা : করি তৌরিবনো ? অসুক কন্না কৌরবসু খুমদ্রিবদি?

মাহিরঅলী : ঙসিদি প্রলয়গী অহিং ওইরবনি।... কনাদসু হায়দোক্নু। মসিদা ফম্না-ফম্না ঙাইহাক উইক্রে... য়াম্না কিবা মঙ অমা মঙখি.. হৌজিক হৌজিকমক মুশুক-মুবা মীওই অনীখক

*(স্বর শাংনা হোল্লগা)* শৈতানগী মতৌগুম শাথিরবা... *(য়ুম্বীদা মখূৎ থিল্লগা)* মসিদগীসু হেন্না য়াংই... মান্নি হেন্না য়াংগনি.. মুশিন-মুবা, চৌর-চৌরবাময়াশিংদুনা খিগৎপদু উরম্মী। ময়াশিংদু মচিন্দগী মপান্দা লিংথোক্লম্মী, শাংল-শাংলবা মশমশিংদু *(কিনা মায়কৈ মরীদা য়েংই, মখূৎ থাক্লংলগা মখাদা অমুক থাদে, সিদনি ঐগী মাগুলা কুমথরকখিবদু)* ঐগী খূৎ পায়রগা *(মখূৎ ওয়দু মাগুদা থম্মী)* চিংবা হৌরকই.. ঐহাক কিবদগী মীকপ থোক্লে। খ্বাইদিদা মায়কৈ মরিমক্তা ভূতনা কোয়চৎ চৎলবগুম খল্লে।

মনোরমা : ইস !...

মাহিরঅলী : মহাকপু পুনবগীদমক দুত লাকপা ওইরমগনি.. চৎলম্বসু য়ারেদা।

মনোরমা : করিনো হায়রিবদুবু ?

মাহিরঅলী : মহাক য়া অমত্তা ঙাওখিদ্রে। শাগৈগী মৈরা ওইরম্বদো ঙসিদি মূৎলগনি... ঙসি ফাওবদি মহাক্তা সংসারসিগা মরী লৈনরম্বনিদো। *(মনোরমা খঙহৌদনা মাঙোলদগী কুমথরগা মপান্দা থোকখি।)* আই.. আইকদায় চৎলিবনো ? অদোমদা চৎলুনু.. অমম্বদুদা। পাখৎচনি... পাখৎচনি.. ঐনা হায়বা লৌকো... শোয়দনা পাখৎচনি। নখোয়সে ওম্হোক্লা কিগনখিদ্রে। মাবু লৌনবগীদমক মসিদগী দুত চৎপ্রবনি.. সিদগী .. হল্লকপদা ওক্লরবদি ফত্তবনি তাঙ্গাসিদা...

মনোরমা : ঐগীদমক্তা কপ্পিনবা কনা লৈরিবগে মাহির...!

মাহিরঅলী : *(হৌগৎলগা মনাক্তা চঙশিন্দুনা)* কদায়দা চৎলিবনো... কদোমদনো.. হনবীরকখো... করিগী খুমদ্রিবনো?

মনোরমা : হায়য়ুনে ! সিদা লৈনে।

মাহিরঅলী : কিবা পোক্তবরা অদোমবু ?

মনোরমা : কিদে... করিগী কিগদৌরিবনো ?... ঐবু হিংলুবগী করি কান্নরিবগে?

মাহিরঅলী : য়েংবিয়ু, আদা, অতিয়াদগী থবানমিচাক মথী তারিবসে। ও! কয়াদা চাউথ্রবনো... কয়াদা চাউথ্রবনো... অতিয়া অপুম্বা পুমণ্ডাল ণ্ডাল্লে। মহাক শোয়দনা শিরল্লগনি খল্লে। ণ্ডাইবীখো ণ্ডাইবীখো... আই ! আই !

মনোরমা : করিগী লাংণ্ডিবনো ?

মাহিরঅলী : মখোয় ময়াম হল্লকপদা অদোমগা লম্বীদা মায়োক্লগনি।

মনোরমা : ফরে, ঐগা মখোয়গা থেংনবা তারবদি ঐনা মখোয়বু থিংগনি.. ফারগা থমগনি।

মাহিরঅলী : কনাবু ?

মনোরমা : রজনীকান্তবু ?

মাহিরঅলী : মহাকপু করম্না ? অশিবা মীবু কনানা ফাবা য়াওব্রবগে ?

মনোরমা : য়ারে, ঐণ্ডোন্দা অয়েংপা পীরগনু। চৎখ্রো, অহাংবা অতিয়াসিগী মথাদা ইনীং তৌনা ঐবু লৈহল্লু। ঐহাক করিসু তৌরোই। নহাক ব্রারুগনু।

মাহিরঅলী : ফরে, অদোম সিদা লৈবীয়ু ঐহাক ফম্মুরগে... মাণ্ডদা চণ্ডশিনবীরুনু.... মাণ্ডদা চণ্ডশিল্লবদি...

*(মাহিরঅলী হল্লক্লগা মাঙ্গোলদা য়ূপ্পী মনাক্তা ফম্মী। মপাল্লোমদগী মনোজশঙ্কর অমদি চন্দ্রকলা চণ্ডলকই। চন্দ্রকলা মাণ্ডদা চণ্ডশিল্লগা চৌক্রিদা ফম্মী। মনোজশঙ্কর লেপ্লগা মাহিরঅলীগী মায়কৈদা য়েংলকই। মাণ্ডদা চখৎলগা লালটৈন পায়খৎলি অদুগা মাহিরঅলীগী মমায় ময়াদা থম্মী।)*

মনোজ : এ! নঙ করিগী কপ্লিবনো ?

মাহিরঅলী : *(মখূদা মমায়দু লোংশিল্লি)* মৈঙালদো হৈনদে.. হৈনদেনে...

মনোজ : *(লালটেন্দু থাংদোক্লগা)* অদুবু নহাক করিগী কপ্লিবনো?

মাহিরঅলী : সংসার অপূম্বা লাইবক্তা তল্লবদা কপ্লি,... ঐসু কপলিবনি।

চন্দ্রকলা : করিগী অশেংবা হায়দ্রিবনো... করি তৌরবগে?

মাহিরঅলী : *(চন্দ্রকলাদা য়েংলগা)* রায় সাহেব ভগবন্ত সিংহনা লুপা লিশিং নিস্ফু পীরে... সাহেবতা, অসোমদনা মাগী ফিভম য়াম্না লুরে হায়না পাউ লাকই। শিরমদাই মতমদুদা জবান লৌনবা থুনমক লাকপীয়ু হায়রকই। নমদুনা নোট চবুন অমা *(অকোয়বা কাদুদা খুৎ থিল্লগা)* মনুংদা লংশিল্লগা চৎল্লে। অচুম-অরান হায়ববু মসিনি, মসিদনি ঐনা কপ্লিবসি।

*(চন্দ্রকলা পাখংনা হৌগৎলি। স্বর ফুইনা হোল্লদুনা মকোক্তু কয়ারক হাইরি, অদুগা খণ্ডহৌদনা ফমথরগা য়ুমথকলোমদা য়েংখৎলকই)*

মনোজ : *(তৌফম খণ্ডদনা লৈমায়দা য়েংলগা)* লিশিং নিস্ফুগা, তরাগা পূন্না লিশিং য়াংখৈ মাবু হাৎপগী মমল ওইনা লৌহৌরে... হৌজিক আইন্না করি থৌরাং তৌবগে হায়বদু য়েংবা তারি। মাহির !

মাহিরঅলী : ইবুংঙো... তাকপীয়ু।

মনোজ : নহাক করম্না মতমদগী মাগী থবক তৌরকপগে ?

মাহিরঅলী : চহী তরামঙা শুরে। মথুরাদগী মুরাদাবাদ চৎলুরে, ফৈজাবাদ য়ৌরুরে, গাজীপুরসু চৎলুরে অদুগা সিদ্দা লাকপনি... অদোম্না খণ্ডবীরিবদুনি।

মনোজ : হুং... নহাক্কী পূক্লিংদু করিগুম্বদা থবক অসি তৌবদা...

মাহিরঅলী : হৌজিক ফাওবদা ? ঐদি নহান্না চৎখিবা য়্যারবনি। অদুবু ঐহাক চৎপা ঙমদ্রে। ঐনা... ঐগী খোঙসে ককথৎহনবগা মান্নরে... মদুবু কিবনা.. মদুবু কিবদগী হৌজিক ফাওবা...

মনোজ : করম্না নখোঙ ককথৎপগা মান্নরিবনো?

মাহিরঅলী : অদুবু হায়দোক্লবদি শোয়দনা ফাঁসী তৌগ্রনি।

মনোজ : ফাঁসী তৌগনি হায়বা ?

মাহিরঅলী : অহোয় ... সাহেবনদি অসুম্না তাকপী, মরম অসিনা *(মনোজশঙ্করদা য়েংলগা)* চহী তরা হৌদ্রে, হৌজিক ফাওবদি কনানসু খঙড্রি মদুদি ঐনা ...

মনোজ : হায়য়ু, স্বাইদা কনাসু লৈতে !

মাহিরঅলী : অদোমদি লৈরিদনা ! ব্রাফমসি অদোমগীসু ... *( চেকশিন্না ব্রাখল তৌরগা তূমিন্না লৈ)*

মনোজ : মাহির ! নঙনাঐবু চিংনবা পোকহল্লে, ঙসি অয়ূক নঙনা হায়খিবদু মদুদা করিগুম্বা খরদি...

মাহিরঅলী : নত্তে... নত্তে.. মদু চিংননিংঙাই ওইদে... ঐনা করিগুম্বদা...

মনোজ : অদুগা নহাক করিগী অদুক নশাদু নীক্লিবা ?

মাহিরঅলী : *(অকিবা খোঞ্জেলদা)* অদুবু হায়দোক্লবদি ঐগী থব্রায়দি হিংলরোই। ঐহাকপুদি ফাঁসী তৌব্রনি।

চন্দ্রকলা : ও ! মতাংসিদা ময়াম অমুক্তা তূমিন্না লৈবীয়ু। ঙসিমক ঐখোয় খূদিংমক্কী থব্রায় করিগী মাঙগদৌরিবনো? শিগদবা মহাক্কুদি শিগ্রে।

মনোজ : চন্দ্রকলা ! তপথখো। সংসার অপুম্বা শিগদবা ঙাক্তনি। নাকল অমদা শিরিবনি... অতোপ্পা অমদনা পোক্লিবনি। মসিদি অনৌবা ৱাফম নত্তে। মাহিরঅলীনা করি হায়নীংলিবনো? পূন্সিগী অরোনবা ৱাফমদি মঙোন্দা লৈরবনি.. মদু মূন্না তাশিল্লু। *(চন্দ্রকলা খোইরাং-খোইশাউবগা লোয়ননা হৌগৎলি অদুগা ইমুংদা চঙখি।)* কদায়দা চৎলিবনো? তাখোও!

চন্দ্রকলা : তানিংদ্রে... ঐহাক চৎলগে ... হৌজিক্তি তূমলুরনি।

মনোজ : এ! নঙবু তূম্বা য়াগদরনে ?

চন্দ্রকলা : অদুম্না হংবীরনু। তূমখিবদগী মীকপ শুকথোক থোক্লক্তবা ওইরসনু। *(থুনা য়াঙনা চৎখি)*

মনোজ : মাহির ! হায়যুনে, ঐনা কনাদসু হায়দোক্লোই।

মাহিরঅলী : অদোমদবু ? *(মীপাইনা মঙোন্দা য়েংই)।*

মনোজ : নহাক ঐবু থাজদে ?

মাহিরঅলী: ৱাফমসিদবু... হিরমসিদবু...

মনোজ : নহাক অসুক পাখৎলিবা করিগীনো ? অদুগা নশাদু নীক্লিবা করিগীনো?

মাহিরঅলী : ঙসিদি প্রলয়গী অহিংনি। ঙসিদি সংসারসিগী শক্তমসে মাঙখ্রগনি।

মনোজ : য়েংঙু! প্রলয়গী অহিংদি নুমিৎ খুদিংগী লাকইবনি। রজনীকান্তগীদমক্তদি ঙসিনা প্রলয়গী অহিং ওইরনি। হয়েংদি ঐহাক্কী নৎত্রগা নহাক্কী ওইবসু য়াই। অদুবু মসিদা করিসু কিনিংঙাই লৈতে।

মাহিরঅলী : ঐহাক হোস্পিটালদা চৎলুরগে।

মনোজ : করিগীনো ?

মাহিরঅলী : অমুত্তং অরোইবা ওইনা য়েংনবগীদমক্তা...

মনোজ : মহাকুম্না রজনীকান্ত কয়ামরুম ঙসি শিগনি হায়বা কনানসু খঙবা ঙমদে... নঙনা মতৌ অসুম্না...

মাহিরঅলী : ঐনা মঙ অমা মঙখি, ঐবু ফানবগীদমক দুত অনী অমদি হিংচাবা অনী লাক্লম্মী। ঐগী পাম্বোমসে পায়রম্মী... ঐদি কিবদগী মিকপ অদুম থোক্লম্মী। *( লৈমায়দা য়েংঙি)*

মনোজ : অদুদি নহাক হায়ররোইদ্রা ?

মাহিরঅলী : হায়গনি। হায়দোক্লগা অমুত্তং ফাঁসী তৌবনা নুমিৎ খুদিং ফাঁসী তৌরিবসিদগী হেন্না ফরগনি। অদুবু মহাকপুসু য়েংশিন্নুবা তাবনি,... সোমসু হোস্পিটালদা লেঙবীয়ু। লম্বীদা লোয়নমক তমজগে।

*(চন্দ্রকলা চঙলকই। চন্দ্রকলা নাপু মচুগী লৈরোং হৎপা শাড়ী অমসুং সনাগী লিকফাং শিরি। মনোজনা মঙোন্দা ঙক্লা য়েংলি।)*

চন্দ্রকলা : অদুক মূন্না য়েংলিবা করিগীনো ?

মনোজ : হোস্পিটালদা চৎলুসিরা ?

চন্দ্রকলা : পুং অম্না হেন্না মফমদুদা লৈরুরবনি.. হৌজিকপু করিগী ?

মনোজ : মতাংদুদদি মহাক শিবা য়াবগী ফিভমদা লৈখিদে।

চন্দ্রকলা : হৌজিক ঐহাক্লা চৎলগা হিংগৎলক্কদবা লৈব্রা ? করিগুম্বা মদু য়াগদবা লৈরবদি য়েংঙুরগা লাকপীয়ু।

মনোজ : অদুক য়াম্না তাকখিবদু অরেন্না ওইরেদো।

চন্দ্রকলা : *(চীং লেম্না)* চৎলু করিগী চৎত্রিবনো ? তাক্লবগী মতম য়াম্না লৈরি। ঐহাক ঙসিমক্তি শিখিরোই।

মনোরমা : *(মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লগা)* বা ! করি হায়রিনি! ঐনা নঙবু শক্তমসিদা য়েংনিংখিবা নৎত্রা ? লাই য়েকহনবা মতমদা করিগী অসুম্না লৈতেংখিদ্রিবনো ?

চন্দ্রকলা : মতমদুদবো? *( চিংলেম্না মনোরমাগী মখূৎ পায়)*

মনোরমা : হোয়নে, মতমদুদা কৈদৌরবা ?

চন্দ্রকলা : মতম অদুদদি ঐহাক পার্বতীগী মতৌগুম মৃত্যুঞ্জয় ফংনবগীদমক তপস্যা তৌদুনা লৈরম্মী।

মনোরমা : *(মঙোন্দা মূন্না য়েংলগা)* নহাক্কী থম্মোয়দো ঈংলবা নৎত্রনে?

চন্দ্রকলা : প্রশান্ত মহাসাগরগী মতৌগুম্লে। হৌজিক্তি ঈথক অমুক হৌররোই। অয়েকপা লাইদু কদায়দা থমলিবগে ? অমুক্তা পীরকউনে।

মনোরমা : লাই অদু... রজনীকান্তগীদুরা ?

চন্দ্রকলা : হোয়।

মনোরমা : মহাক্কী ফিভম নহাক তশেংনা তারম্বসু য়ারে...

চন্দ্রকলা : হোয়, তারবনি... মহাক শেম শাবা লোইখ্রে। হৌজিক ঐসু শেম শারগে ...

মনোরমা : করিগীদমক্তনো ? *(মঙোন্দা মূন্না য়েংলকই)*

চন্দ্রকলা : কৈদৌরবগে ...

মনোরমা : অদুগা নঙগী নমিৎতুনা....

চন্দ্রকলা : *(মমিৎ নোইরদুনা)* ঐগী মীৎ হায়বা, উবদি ঙমইনা ঐসু...

মনোরমা : অদুক য়াম্না লংখৎলিবা করিগীনো ?

*(চন্দ্রকলা ঙাইহাক্কীদমক্তা যুমথকলোমদা য়েংখৎলকই। মহাক্কী মাইথোংদা তোঙানবা থৌনা অমদি মঙাল অমা উবা ফংই। মনোরমানা মঙোন্দা মম্ননা শুমহৎলবগুম য়েংদুনা লৈ)*

চন্দ্রকলা : *( মোমোন নোক্লগা)* করিগী পূক্লিং লাংতক্লরিবনো ?

মনোরমা : ঐঙোন্দা অকিবা অমা লৈ মদুদি নহাক ...

চন্দ্রকলা : করম্বা মখলগী...

মনোরমা : নঙনা নশামকপু মাংহনজনবা হোৎনরি।

চন্দ্রকলা : মদুদি হান্নমা তৌগ্রবনি...

মনোরমা : এ! অদুদি মনোজ বাবুগা তাইশিন্নবা ঙমদ্রে। নহাক হৌজিকসু হান্নগী অপাম্বদুদা ...

। : য়ারে.. অমুক শল্লনু। ঐগী আত্মাগী জ্ঞানবু নহাক্না অপাম্বনি হায়রিবরা ? ঐদি ওইগদবা মীদুগী ওইদ্রে। অদুগা করম্না তাইশিন্নগদৌরিবা ? মৈগা ঈশিংগবু তিন্নবা য়াগদরনে ? মনোজদি হিরম খূদিংদা মতিক চারবনি, অদুবু মাগী থম্মোয়দা চিংনবা অমদি অমম্বা বুদ্ধি অমা লৈরিমদু ঐনা খঙবা ঙমদে। মশামকপুসু মহাক থাজবা ঙমজদে। হোৎনবদি মানসু ঐনসু হোৎনৈ, অদুবু ঐখোয় অনীমক মহে য়াদ্রে।

মনোরমা : অদুবু নোংচুপলোমগী... মীরৈবাক্কী বাখল্লোন... অহানবা উন্নবদা নুংশিনবসে ঐখোয়গী লৈবাক্তা চংনবা য়ারোই।

চন্দ্রকলা : রাম অমসুং সীতাগী, দুষ্যন্ত অমসুং শকুন্তলাগী, নল অমসুং দময়ন্তীগী, অজ অমসুং ইন্দুমতীগী নুংশিনবদি অহানবা উনবমক্তদা পোক্লখিবনি। নুপীগী থম্মোয়দি মফম খুদিং চপ মান্নে, নোংপোকসু নোংচুপসু, ইরৈবাক্তসু মীরৈবাক্তসু অদুবু ঐদি অসুম্না তৌরোই। ঐগী থবক থৌওং অসিনা নুপীগী পুন্সিদা অমদি সমাজগী চৎনবীদা কায়রম্বা য়াই... অদুবু হৌজিক্তি ঐহাক্না থবক ওইনা পাওথোকপ্রে। মসিগীদমক ঐঙোন্দা অৱাবা অমত্তা লৈতে অদুগা মসিগীদমক নীংঙমদবসু তৌরোই।

মনোরমা : ইচেম্মা ! ঐহাক...

চন্দ্রকলা : হায়যু.. ঐ তাবদু পাম্মী... হায়নিংবদু হায়যু।

মনোরমা নহাক ৱাখল তৌদ্রমান্নে, ঐহাক চিংনৈ।

চন্দ্রকলা নহাক্কী ফিদমদুদি ঐগী ইমাংদা উরে। নহাক চহী নিপাল শুরকপদা লুপ্লাবী হায়বদু ওইরে অদুগা ঐনা ঙসি চহী কুন শুরকপসিদা লুপ্লাবী ওইগদৌরি। নহাক্কীদি মতমদু হৌপ্রে, ঐগীদি লোইবা নাইররোইদরা?

মনোরমা *(মচিন্দা খুদোঙ্গী থম্লদুনা)* অদুবু ঐগী লুহোংবদি লোইপ্লবনি।

চন্দ্রকলা লুহোংবদি ঐগীসু লোইপ্লবনি। মীওই লিশিং অমা-অনী চাক পীজখিদে, তরা-কুনলক মোইবুং খোংখিদে, মন্ত্র অমদি শ্লোক অমত্তা থিখিদে। মসি নৎত্রনে।

মনোরমা অদুদি করম্না লুহোংলিবা ?

চন্দ্রকলা *(মোমোন নোক্লগা)* লুহোংবগী চৎনবী কয়ামরুম লৈ। ঐখোয় শ্নাইদা হান্না চৎনরম্মী... হৌজিক্তি তোকপ্রে, অদুবু ঐগী লুহোংবদুদি পাওথোকপ্রে। পুন্সিদা চিন্তা তৌনিংঙাই ওইবা কয়ামরুম লৈরি, মসিসু মরম অমদি ওইরগনি।

মনোবমা : ইচেম্মা, য়াম্না চেকশিনবা দরকার ওইরি...

চন্দ্রকলা : *( মাবু মখূৎ অনীনা পায়রগা)* মনোরমা ! ঐদি ব্রাখল তৌবসু লৈজরুদে। নহাক্কনি তম্বীখিবদি অদুগা হৌজিক্কা লাংতক্করিবা করিগীনো ? নহাক্কী ফিদম অসি সুপ্নগী নহাক নথন্তগীরা... ঐগীসু য়াওরিবনি। ঐহাকপু ফিদম অদুদা চঙশিনবা ঙমহল্লু।

মনোরমা : ঐগী ফিদমদি লুপ্নাবীগী লীচৎনি পূবা থাংবা ঙম্বা নত্তে, অদুবু নঙদি করিগী পূক্সিবু মাঙনবা শীল্লিবনো? মসিনি ঐনা খঙবা ঙমদ্রিবসি।

চন্দ্রকলা : অসোমদা য়েংলকউ। ঐগীসু উপায় লৈতবনি। নহাক্কী লাইবক থিবসিদি অহানবদা সমাজনা ওইহনবনি মতুংদা নঙগী পূক্রিংনা ওইহনবনি অদুগা ঐগী লাইবক থিবসিদি অহৌবদগী ঐগী পূক্রিংনা ওইহল্লবনি। ঐগী পূক্সিনা করম্না লেনগনি খনবদা নঙগী ব্রাখলদু চমম্নরে। চাক ইঞ্চাং অমদি ফিরোলগী ব্রাফমসিনা নুপী ওইবীগী ইকায়খুম্নবদো মাঙহনবীরে। নুপাশিংবু শেমখিবা পোৎশকশিংদুনা ঐখোয় নুপীশিংবুসু শেমখিবনি, অদুম ওইনমক ঐখোয় মতম কয়াগী মমাঙদগী নুপাগী মখা পোন্দুনা লাক্লি। অসুম্না করিগী তৌরিবনো হায়না ঐখোয়গী থম্মোয়দা নোংমত্তা খল্লুদে ? নুপা ওইবশিংগী খুদুপ মরিগী ফমুংদুদা ঐখোয়গী সংসারগী ঙমখৈ হায়বদু ওইরি। নুপানা নুপীগী অশোনবদুবু মখোয়গী মগুণ ওইনা শীজিন্নরি... অদুগা নুপীশিংনা অদুম্না থাগৎপীবদুদা হরাওরদুনা মতম চুপ্পা মশাবু কৎথোক্কুনা লাক্লি। অতোপ্পবু ঙাক শেন্নবা হোৎনবদা ইশাবুদি শেন্নজবা ঙমদ্রি। *(তৃমিন্না লৈরগা স্বর ফুইনা হোল্লকই)* মখূৎ অনীনা মকোক্কু পায়রদুনা চৌক্রিদগী মখাদা নোম্ব্দুনা লৈ। মনোরমা মহাক্কী মতুংদা চঙশিল্লগা মকোক্কু থাংগৎলি।) থাদোকউ... পূক্রিং

অমদি পাজ্জল শোনবা মরম্না ঐখোয়বু সংসারসিদা নীংতম্না লৈজরম্বদগী চিংদুনা পুরক্লগা চেকপলনা খাজিল্লবা মফমদুদা থমজিনবীবগা মান্নরবনি।

মনোরমা : ঙাইখো ! নহাক্কী মিহুলসে কন্না চোংলে... অদুগা স্বরসু থবেৎ-থবেৎ হোল্লি। নত্তে, নত্তে,... হৌজিক্তি য়ারোই, ঙাইখো।

চন্দ্রকলা : *(খঙহৌদনা চৌক্রিদগী হৌগৎলগা)* পাঙম্রবা লীচৎসি ঙসিদি লৌথোকখিবা তাবনি। ঐগী থম্মোয়দা নোক্লিংবা পোক্লক্লে। ঐহাক অমুক কপ্পরোই।

*(মশা তিংলি-য়াংলিরগা মাঙ্গোল মখাদা কূমথে)*

মনোরমা : *(মাঙদা চঙশিল্লগা)* কদায়দা চৎলিবনো অমম্বসিদা ?

চন্দ্রকলা : নুমিৎপু কৌরুনবা... থাউমৈসিনদি অমম্বসি কোকহনবা ঙম্লরোই। চৎকদ্রা নঙসু... চৎলুসিদনা ?

মনোরমা : হায়মা ! নঙবু ঙাওরব্রা করিনো ?

চন্দ্রকলা : এঃ ... করিগী ঙাওরুগদগে ? ঐগী থম্মোয়নুংদা ঙসিদি মৃৎনাইদ্রবা নুপী ওইবীগী অশেংবা ৱাখল্লোন্দু পোক্লক্লে। ঐগী পূক্লিংগী লৌশিং দো ঙসিদি মায়কৈ মরিদা শন্দোরক্লে, অদুগা নঙনদি ঐবু অঙাওবীনি হায়রি। ঐহাক ঙসিদি ইরোমদোম লেপচনবা হোৎনরগনি... ঐহাক কনাগুম্বা নুপা অমগী মতেং দরকার ওইদ্রে। চিঙ্গাক অমদি ফিরোল... ঐগী ইহৈ-ইশিং হৈজরে ঐনা ইশাগী থৌরাংসু তৌজরগনি। করিমত্তা ৱানিংঙাই লৈত্রে। ঐদি লুখ্রাবী ওইনা অসুম্মক লৈরসনু।

মনোরমা : *(কিবগা লোয়ননা)* খূৎ লোম্নজরি.. সোম্নদা লাকপীখো নৎত্রবদি ঐহাক কপ্পকপা য়াই।

চন্দ্রকলা নহাক কপ্পগনি হায়বা... করিগী ? নহাকসু করিগুম্বা খরা পাল্লিবরা ? পাবুংগী লুপা লিশিং য়াংখৈদুনগী, পাল্লবদি পাবুং লাকখিসনু... *(মাঙদা চঙশিল্লগা মাঙ্গোলদা চৎলদুনা)* খল্লম্বনি.. অমম্বসিদা ঐহাক উন্নবদো চৎলুসিরা হায়না... অদুবু চৎলরোই, ঐহাক নঙগী ননাক্তা লৈরগনি.. নহাক কপ্পগনু। ঐখোয়না কপ্পবু থিংবা ঙম্লবদি ঐখোয়গী মুক্তি শোয়দনা ফংলগনি। মনোজনা ঐঙোন্দা হুরানবদা য়েংগদবা মীৎয়েংগুম য়েংলম্মী। অদুবু ঐনা করম্বা মতমদা হুরাল্লুবগে হায়বদুদি ঐহাক খঙদে। *(চৌক্রিদা ফল্লগা মকোক্তা কৃপ্লিবা সাড়ীদু হাইদোরকই)* ও! ওম্বোক্লা শাপ্লে। নোংসু তারক্লে।

মনোরমা *(মঙোন্দা মূন্না য়েংলগা)* হায়মা !

চন্দ্রকলা *(অতপ্পা খোঞ্জেলদা)* করি তৌরগে?

মনোরমা নঙগী লাইবক্কী সিন্দুরদুদি করম্না ?

চন্দ্রকলা ঐহাক লুহোংলুরদুদি...

মনোরমা কদায়দা ?

চন্দ্রকলা হোস্পিটালদা ...

মনোরমা হোস্পিটালদা হায়বা ? হৈমা !

চন্দ্রকলা হৈমা হায়বদি করিনো ... মসিদা করি ঙক্লিংঙাই লৈবগে ? ঐগী চান্নথোইবদো মফমদুদা লৈরম্মী... নঙনা খঙলিবদুনি। ঙসি লুহোংবগী অহিংনি... কয়াদা চীক্লবা ... অদুবু কয়াদা পাক-চাউখ্রবনো। মসিগী অরোইবা নাইদ্রি। ঐগী ইপুরোইবনা ঐবু মাগী মখাদা থম্বা ঙমখিদ্রে... ঐবু মতম চুপ্পগী ওইনা নীং-খা তমহল্লম্লে। ঐহাক্লা অমুক্তা ফংদ্রিবা খুদোংচাবদো ঙসিদি ফংলে। *(মোমোন নোক্লগা)* অদুম্না ঙক্লা য়েংলিবা করিগীনো?

মনোরমা ঐহাক্তি জ্ঞান পুম্মাং মাঙলে।

চন্দ্রকলা অদুবু করিগীনো ? ঐগী সিন্দুরসি উরুবদগীরা ? মহাক্কী মখূৎনা নশ্নীখিবনি।

*(মকোক্তা মখূৎ অনী থল্লগা লৈমায়দা য়েংঙি)*

মনোরমা মহাক্তি মতম চূপ্পদা জ্ঞান তাদনা লৈখিবনি।

চন্দ্রকলা

মনোরমা অদুগা ...

মহাক জ্ঞান মাঙলমদ্রবদি মসি ওইথোক্লমদবসু য়ারিবনি।

মনোরমা অদুবু মতৌ করম্না পাঙথোকখিবগে? মসিবু...

চন্দ্রকলা *(চীংলেম্না অতপ্পা খোঞ্জেলদা)* ঐহাক সিন্দুর খরা পুদুনা চৎলম্মী। সরকারগী হোস্পিটালগী ফিভম মৈ অমদি অতৈ পোৎলম কয়াবু করম্না থৌরাং তৌবগে হায়বদু নহাক্না হেন্না খঙলিবদুনি। মনাক্তা লালটেন অমা থাল্লম্মী কম্পাউন্দর অমনা পুদুনা চৎখিরম্মী। ঐহাক্না তাঞ্জাদু ফংলম্মী, ঐনা মহাক্কী মখূত্তা সিন্দুর থল্লগা ঐঙোন্দা নমহল্লম্মী। করম্না 'সিন্দুরগী হোলী' শান্নখিবগে হায়বদু নহাক খঙলেদনা ?

মনোরমা ও !...

চন্দ্রকলা করিগীনো, অরেম্বদা চিন্তা তৌরিবদি !

মনোরমা নহাক্কী বাখল্লোন...

চন্দ্রকলা ঐহাক্না বাখল খন্থদনা থবক তৌগ্রবা *(কয়ারক হন্না মঙক নোম্মী)*

মনোরমা ঐদিনে ...

চন্দ্রকলা : অরেম্বদা মরে অমুক তৌরগনু ইচন...

মনোরমা : অদুবু...

চন্দ্রকলা : *(শাউরগ্না)* অমুক হন্না অদুবু... নওনা 'অদুবু' হায়রবসু ঐগী অনীংবসি হোংদোকহনবদি ঙমলোই। অদুগা নওনা য়ানিংদ্রবদি নহাক্না লুম্রাবী ওইবসি অর্থ থোক্কে হায়বা য়াই অদুবু ঐগীদি অর্থ চেল্লি।

মনোরমা : ইচেম্মা, করিগী ঐবু ইকায়বা পীবিরিবনো ?

চন্দ্রকলা : ঐহাক তশেংনা পুক্রিং অমদি থবায় হকচাং য়াওনা হায়রিবনি হায়বসি ঈশ্বরনা খঙগনি।

মনোরমা : তশেংনা থবায়-হকচাং য়াওনা হায়রিবা ?

চন্দ্রকলা : হোয় ...

মনোরমা : নহাক বামল্লদুনা অসুম্না ...

চন্দ্রকলা : ঐহাক য়াম্না ঈংনা অমদি হরাও তয়াম্না...

মনোরমা : হং তোক্কসিদা...

চন্দ্রকলা : নওগী পুক্রিংদা ঐঙোন্দা চিংনবা পোক্কগনি। ঐনা করি খল্লি হায়বদু তাখো! নৎত্রবদি নহাকসে...

মনোরমা : নহাক্কী থম্মোয়সে নৈতাফম খণ্ডব্রে... মতাংসিদা তুমিন্না অমুক্তা লৈবীখো।

চন্দ্রকলা : তুমিন্নবুদি ঐহাক লৈগনি। মতুংদসু ঐহাক হিরম অসিদা করিমত্তা হায়রোই। ঐগী থবায়সে রসসিদা লুপম্রবনি.. মসিদনি ঐনা পেঞ্জরিবা। নুপা হায়বসি কৎথোকপনি, হিরম খুদিংদা কৎথোক্কুনা লৈরগনি... ঐহাক্তি য়ুমপানবগী

ব্রাহ্মসিদা থাজবা থমদে। নুপীশিংনা মশাবু নরক ওইহনজবনি... নুপানা মদুগী মরালওইক্ষম খোক্তে.. ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু থম্মোয়নুংগী খোল্লাউসে আবিখিদে।*(ঙাইহাক খল্লগা)* ইচন ! নহাক্কা লুপ্ত্রাবী ওইবদুদি চংনবীনা শেম্বনি, বেদ মন্ত্রগী মতেংনা অমদি ব্রাহ্মণশিংবু পীজ-পীথক তৌরগা.. নঙনা উকড্রিবা নুপাদুবু.. মহাক্কী নুংশিবসু পোক্ত্রিবা, মাবু নীংশিংনবা নঙগী থম্মোয়দা ফাওবা ঙমদ্রিবা.. মদুগী লুপ্ত্রাবীগী মতৌদুবু করম তৌবগে? নহাক নশামকসু খন্দুনা য়েংঙু। ঐনা লুপ্ত্রাবী ওইবদি.. মহাক্কী হোংবা নাইদ্রবা মোমোন-মিনোক, মখোৎ কারকপা অমদি নুপা থোকপগী মতৌ, অমদি চাউখৎপগী নুংঙাইরবা আশা... চহী কুনমঙাগী মতাংদা মাগী হকচাং অমদি থম্মোয়দু করম্না ফিভমদা লৈরমগনি হায়না ঐনা কল্পনা তৌরি... *(খরা খল্লগা)* মরম অসিদগী ঐনা লুপ্ত্রাবী ওইবদি অর্থ চেল্লি হায়রিবনি।

*(মনোরমা লাংতক্লবা পোক্লকই। মাগী মায়থোংদা অবাবা অমদি অঙকপগী মমি তারি। অমুক্কা লৈমায়দা অদুগা অমুক্কা যুমথকলোমদা য়েংলি। ফক্লাংদা মীংয়েং থম্নগা হন্না-হন্না মকোক নোমই। চন্দ্রকলাগী মায়কৈদা খানা য়েংলম্লগা খঙহৌদনা মপান্দা থোকখি। চন্দ্রকলা হৌগৎলকই। সাড়ীগী ফিজিদু হন্না-হন্না কল্পোকই। মঙক লৈথোক্লগা কোইয়েং য়েংঙি। মাঙ্গোলগী মাঙলোমদা চখৎলগা মপাল্লোমদা য়েংঙি অদুগা স্বর শাংনা হোল্লগা ইমুংদা চঙখি। ঙাইহাক্তি পুমচিক চিকই। মখুৎ য়েৎনা মিংশেল অমা পায়রদুনা চন্দ্রকলা অমুক থোরকই। চন্দ্রকলা মাঙদা চঙশিল্লগা মখুৎ ওয়না লালটৈন পায়রগা মমায় মপাদা চুম্না থম্মী অদুগা মীংশেলদা মমায়দু য়েংঙি। মনোরমা চঙলকই।)*

মনোরমা : *(চীংলেম্না মওংদা)* ঙসিদি নহাক নুংগী ওইবা বাখল অমদি অৱাবগী নোংলৈনা হুমদুনা পুরি। মতাংসিদদি ঐগী বাহৈশিংসে মমল লৈররোই... নংত্রবদি ঐনা হায়গনি তাঞ্জাসিনা নহাক্না মিংশেল য়েংবসিদি... পোংশক অদুনা নঙনা আত্মাজ্ঞান অমদি লেঙত্রবা নুপী ওইবীগী গুণদু পোকহল্লকপনি হায়রিবদু নত্তে। নঙদি লুত্রাবী ওইনা অদুম্মক লেংদনা লৈরবনি, অদুগা নহাক্না নশক্কুদা পেম্মোক্কুনা নুংঙাইনা লৈরিবা, মসিনা করি মঙৌনো ?

চন্দ্রকলা : *(মনাক্তা লালটেন থাংজিল্লগা)* করি তৌরবগে?

মনোরমা : নহাক লুত্রাবী হায়বদু ওইরবনি... মদু নঙগী স্বর্গমক্তি হায়না খনবসু য়াই, অদুবু মদুদা সমাজ অমদি সংসারসিনা করি আশা তৌনিংঙাই লৈরিবগে ? সমাজ সংস্কারগীদমক য়বর ষ্টাম্প ওইনা শীজিন্নরিবা বেদমন্ত্র, মৈগী কুণ্ড, মোইবুংগী খোঞ্জেল মখোয়শিংদুগা নহাক্না মরী অমত্তা লৈনদ্রি... লুহোংবদুদি শাঙথোকত্রে, মদুগী প্রমাণ অমদি শাক্ষী ওইবগী খুদমদি লৈরে। নঙনা হৌজিক ঐঙোন্দা সমাজগী চংনবীগী অশোয়বশিং হায়রম্লদো, মদুগী হৌরকফমদি নঙগী অৱা মৈচাক অমদি নঙগী অনৌবা শিক্ষা অদুননি। নহাক্তি মঙোন্দা শুমহৎত্রবনি অদুগা ঙসি মহাক্না শিরবা মতমদা নহাক লুত্রাবী হায়বদু ওইরে, ঐদি হায়না লুত্রাবী ওইত্রবনি। ঐহাক অমুক হন্না লুত্রাবী হায়বদু ওইররোই, মরমদি অমুক হন্না ঐগী লুহোংনবগীদমক বেদ মন্ত্র, মোইবুংগী খোঞ্জেল, ব্রাহ্মণশিংবু শীজ-শীথক তৌবা মতাংদু লাক্লরোই, অদুবু নহাক্তি মহাক্কী মায়থোংদু অমুক্তং উরুবদা মঙোন্দা শুমহৎখিবনি.. নঙবু করি খল্লিবনো? অদুগুম্না মীনোক,

মোমোন্নরবা মায়থোং, হকচাংগী ফজবা অমদি শাহৌ, লূরবা মিন্না অমদি খাই-খাই তারবা শম অদুগুম্বা মখলগী *(মায়কৈ মরিদা মখূৎ হাইরগা)* মীশক্তু অসুক চাউব্রবা সংসারসিদা অতোপ্পা অমমুক লৈরন্নরোইদ্রা ? অদুগা নহাক্কী পীনহৈরবা থম্মোয়গী লীচৎতুনা মতমদুদা অমুক অপনবা অয়েংপা হায়বদু ওইরোইদ্রা ? ঐঙোন্দদি বেদমন্ত্র অমদি মোইবুং খোঞ্জেলগী রাকমদু লৈরি মরম অসিনা অমুক্তমক লুখ্রাবী হায়বদু ওইরিবনি, অদুবু নঙোন্দদি কয়ারক হন্না লুপ্রাবী ওইবা য়াবগী ফিভমদা লৈরি। রাখল য়াম্না খনবা অমদি পূক্লিং লাংতক্লরবা মতমদা থোরকপা রাহৈশিংদুনা সংস্কারগী ইকায় খুম্নবদো মাংওহনবা ঙমলোই, মরমদি কিদম্না মাগী শান্দম নত্তে, চাংয়েংগী মৈশা খাওবসু ঙমলোই। হৌজিক কাওবদি য়াইফরি। সমাজগী চৎনবীবু ঙাক্তবা... মতম খরগী চৎনবীদু মাওহনবা ওইথোকপদি য়াই ... অদুবু নশামক্তা চৎনবীদু শেম্বদি ঙমলোই। নুপী ওইবীগী মনীং তম্বা, ঙসিগী অনৌবা রাখল্লোন, মদুনা সংসারসিবু অশেংনা স্বর্গ ওইহনবা পাম্মী, নঙগী রাখল্লোন্দু মখোয়শিংদুগী মরক্তগী অমনি, অদুবু অনৌবা স্বর্গ অদুগী কল্পনাগী হৌরকফমদুদি ফিদমনিংঙাই য়াওদে। চুম্মী, ফজবা লীচংকী অথোই অহেন অন্নবগীদমক্তদি মসিনা অফবা লম্বী অমদি ওইরগনি॥

চন্দ্রকলা : য়ারে, তোক্লেসি...

মনোরমা : কৈদৌরে তাখোনে.. তানিংগ্রবরা ?

চন্দ্রকলা : *(মঙোন্দা য়েংলগা)* ঐহাক মিংশেলদা শুপ্নগী ঐগী সিন্দুর অমদি শক্তমসে য়েংলিবনি হায়না খনগনু।

মনোরমা : য়াই... য়াই...

চন্দ্রকলা : ঐগী ইতিক-ইগুণ, ইশাগী অনীংবা অমদি লীচৎ...

মনোরমা : করিনো হায়রিবদুবো ?

চন্দ্রকলা : শাস্ত্র অমসুং সংস্কার হায়বসি ঐগী মত্তদি... ঐগী আত্মানা য়াবদুনি... অতে করিসু নত্তে।

মনোরমা : হুং... অদুবু আত্মা হায়বসে *(ওাইহাক খল্লগা)* হোয়নে, আত্মা হায়বসি অংগ্রেজী বাহেরা নৎত্রগা সংস্কৃত...

চন্দ্রকলা : করিগীনো ? *(মওোন্দা য়েংলকই)*

মনোরমা : *(মখুৎ হাইরগা)* ঐনা হংনিংলি, আত্মা হায়বসি নওনা করম্বা অর্থদা লৌরিবনো, অংগ্রেজী অর্থদরা নৎত্রগা ঐখোয় খ্বাইদা চৎনবগুম্বা হায়রিবরা।

চন্দ্রকলা : ঐহাক্তি... *(ভূমিদা লৈ)*

মনোরমা : নোংচুপলোমগী চৎনবীদা আত্মাগী মাখয়োন অসি পোকপা শিবা নাইদবা হায়বদু লৈতে... মখোয়গী ওইনদি চহী য়াম্থে হম্ফুগী মনুংদা, পুন্সিদা আত্মা অসি মতা তরক্লক হুম্না শিরগা অমুক হিংগৎলকই, নৎত্রগা মখোয়গী লৌশিংগী প্রজ্জলনা আত্মাবু অপাম্বা মতমদা হোংদোকই; অদুবু ঐখোয় খ্বাইদদি আত্মাগী মফমদা অসুম্না করেম্মবা চৎনদে... ঐখোয়গী মফমসিদদি আত্মা অসি পোকপসু নাইদে শিবসু নাইদে, হৌজিক্কালগী... অংগ্রেজীগী অবাংবা থাক্কী মহে হৈরবা মীওইশিং অদুনা... ঐখোয় খ্বাইদসু আত্মাবু শান্নপোৎকুম খল্লে। মখোয়নসু ইশাগী অরিবা আত্মাদু মাওহনম্রো, হোংদোক্রো... হায়রক্লে, নৎত্রবদি চাউখৎপা ওইররোই। নহাকসু মতৌ অদুগুম্না ওইবসু...

চন্দ্রকলা : *(মীপায়না)* তূমিন্না লৈযূবা...

মনোরমা : জ্ঞান অরৈনিন্নে..

চন্দ্রকলা : ঐহাক জ্ঞান তাবা পামদে... ঐঙোন্দা তাকপীরনু। ঐহাক খঙবসু ঙম্লরোই।

মনোরমা : অদুবু মসিদি...

চন্দ্রকলা : *(অয়াকপা খোঙ্জেলদা)* ঐনা হায়রিবসিনি, তূমিন লৈম্মু...

মনোরমা : হুং...

চন্দ্রকলা : *(মঙোন্দা য়েংলগা মঙক নোমই)* হৌজিক করিগুম্বা ইরাইবক্তা নুপা অমমূক তন্নন্নবদি খঙবা ঙম্লগনি। ভগবন্তগী লুপা লিশিং য়াংখ্রেদুগীদমক্তা কনানা প্রায়শ্চিত্ত তৌবিগনি? মদুসু পূন্নপ পাঙথোক্লবা হোংনগনি। *( চৌক্রিলা ঙাথরদুনা তূমিন্না ফমদুনা লৈ। মনোরমানা মনাক্তা চঙশিন্নগা লেপ্পী। মপান্দা মোটর গাড়ী লাকপগী মখোল তারি। চন্দ্রকলা খঙপ্রেক খংই অদুগা মকোক্তু সাড়ীনা নিংথীনা খুমজিল্লি। মনোরমা থৈদোক্লগা য়ুমগী কা মনুংদা চঙখি। মুরারীলাল চঙলকই। মুরারীলালগী মায়থোং লাংশিল্লি। অদুগা মমিংতি শংতোক্লা য়েংলি।)*

মুরারীলাল : *(মায়কৈ মরিদা কোয়না য়েংলগা)* চন্দ্রকলা !

*(চন্দ্রকলা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈরি। মুরারীলালনা চৌক্রিদু মাঙলোমদা চিংখৎলগা ফম্মী অদুগা মঙোন্দা মমিং শংদোক্লুনা য়েংঙি)* তারিব্রা নঙবু ?

চন্দ্রকলা : *(হান্নগুম লৈমায়দা য়েংদুনা লৈ)* হোয় পাবুঙ...

মুরারীলাল : নুমিদাংবাইরমদা হোস্পিটালদা চৎলুবরা ? *(মখোল হৌনা)* করিগীনো খুমদ্রিববো ?

চন্দ্রকলা : *(অতম্মা খোঞ্জেলদা)* অহোয় পাবুং ...

মুরারীলাল : *(শাউনা)* শুপ্নগী হোয় - হোয়তমক হায। ঐঙোন্দনা ইকায়বা অদুগা চাউত্রবা হোস্পিটালদুদনা মহাক্কী মকোক্তা নখূৎ থম্বদা অমদি খূয়াদা নোইবদদি ইকায়বা পোকখিদবরা? ঐগী ইচানুপীবু মীয়াম্মা ফুবিরবা নুপামচা অমগী মীনুংশিদুনা হোস্পিটালদা চিংদুনা পুবিখি... ঐহাক হয়েং করম্মা মায়সে পুদুনা ব্রায়েলশঙদা চৎকনি? কলেক্তরনা তারবদি ঐবু করিনি হায়না খনগনি। *(ব্রা ঙাঙবা লেপ্পগা মঙোন্দা য়েংঙকই। চন্দ্রকলা মফমদুদগী চৎখিনবা হোৎনৈ)* কদায়দা চৎলিবনো? ঙাইখো, ঐহাক অসিগুম্বা ব্রাফম অসিদা খাঙদুনা লৈবা ঙমলোই। ইশাগী ইজ্জৎপু অসুম্মা লৈখা তাহল্লোই। হোস্পিটালদা করিগী চৎলুরিবনো? কনানা হায়বদগীনো?

চন্দ্রকলা : কোয়বা চৎলুবনি...

মুরারীলাল : নুমিৎ চূপ্পদি নাশিন্নদুনা লৈরে অদুগা নুমিদাংব্রাইরমদনা হোস্পিটালদা কোয়বা চৎলুরিবা ? *(চন্দ্রকলা থুনা য়াঙনা ইমুংদা চঙখি)* তাখো... ঙাইখো.... তাদ্রা হায়রিবসে? কৈ, কৈ *( হৌগৎলগা মনুংদা চঙনবা হোৎনৈ... কা অচৌবা মনুংদুদা চঙভি।)*

মনোরমা : *(কা মনুংদা)* কদায়দনো অদোম্মা চেল্লিবদুবো ?

মুরারীলাল : মঙোন্দা হংননবা মদুদি...

মনোরমা : তপথবীয়ু... অশাউববু ফাথবীয়ু মদুতনা... নৎত্রবদি শোয়দনা মথোং চাররোই।

মুরারীলাল : মথোং চাররোই হায়বা? এ! নহাক্না অমম্বদুদা করিগী লেপ্লিবনো?

মনোরমা : মপান্দা থোকপীরকউ... ঐনা হাজরিবসিনি .... অমুক্তা তাবিখো... অশাউবদগী চঙশিল্লুবা চুমদে।

মুরারীলাল : ফরে, চঙলরোই। কোকসে য়াম্না চিক্লে, অরুমসু হৌরমান্নে।

মনোরমা : অদোমবু ?

মুরারীলাল : হোয় ...

মনোরমা : ঙসি নুমিৎ চুপ্পা অমা হৌখ্রে অদুগা হৌজিক্লা অহিংগী পুং তরা তাশিল্লক্লে... অসুম তৌনা চয়েৎনবা অমদি খোয়শাওনবসিদা...

মুরারীলাল : *(মঙ্গোলদা চৌক্রিদা ফল্লদুনা)* হোয়... হায়যুনে...

মনোরমা : *(মাঙ্গোলদা মাঙলোমদা লেপ্লগা)* মহাক্কী পৃক্লিংদু লৈতাফম খঙদ্রে। ঐহাক্তি চিংনজে, করিগুম্বা মাবু শাউহল্লবদি য়াম্না নাতৈ চাররোই।

মুরারীলাল : হাইস... নাতৈ চারোই। ঐহাক অদুক হাক্লা পাঙদবা মী নত্তে, করিগুম্বা নাতৈ চাদ্রবসু ... করি তৌগনি? খুদিংমকসে খাঙদুনা লাক্লবনি... মসিখক অমুক খাঙবদবু..

মনোরমা : মহাক্কী মকোক্তা চয়েৎনবা কয়া লৈরে। মহাক ঙাওদুনা চৎখিবা য়ারিকো।

মুরারীলাল : ঙাওবা হায়বসি ইরায় লায়বা নত্তে। নৎত্রবদি ঐহাক নহান্না ঙাওরম্লনি। ঐহাকসু মাগীদমক্তা য়াম্না ৱারিবনি... হৌজিকমক জবান লৌবা মতমদা...

মনোরমা : *(লাংতক্লনা)* করি তৌরবগে... হৌজিক্তরা নৎত্রগা..

মুরারীলাল : নত্তে। চাউরাক্লা পুং অমরোম ফারে... শিখ্রে... ঐহাক মাগীদমক্তা কয়াম ৱাবগে হায়বদু ঈশ্বরনা খঙগনি। অদুগা মসিগী নুপীমচাসিনা... *( শাউনা খুর কন্না হোল্লকই)*

মনোরমা : ঙসিদি অরাবগী অহিংদুমক্কি। মীপুম খুদিংমক বানরি। ঙসিদি শাউবীরনু। ঙসিগী অহিংসি হৌখিবদুমক পামদ্রবনি। জবানবু করম্না লৌখিবগে ?

মুরারীলাল : অয়ুক-নুংখিলদি জ্ঞান লাকখিদ্রে... মহাক অহিংদা ঙাইহাক্তং জ্ঞান লাক্লম্মী... নংত্রবদি মতাংদুদা জবান লৌবা য়ারম্বনি।

মনোরমা : করি জবান পীখিবগে ?

মুরারীলাল : মহাক্না কনাগুম্বা মীহাৎপা মীওই অমত্তগী মমিং পল্লমদে।

মনোরমা : করি মরমগীনো ?

মুরারীলাল : খঙবা ঙমদে। ঐদি ইঙক ঙকখ্রবনি। করিগুম্বা হিংলম্বা তারবদি অচৌবা মীশক অমা ওইরমগদবনি। মসিদা করিসু চিংনিনিংঙাই লৈতে, *(ফুরিৎখাউদগী চে অমা লৌথোক্লগা)* ঐনা বাশকুনা হায়জরি মদুদি ঐহাক রজনীকান্ত অপোকপা রমাপতিসিংহ... ............দা লৈবনি। সেপ্টেম্বরগী তাং মঙা নোংমাইজিং নুমিৎ নুংথিল পুং অনী তাবা মতমদা ঐগী পাট্টা নম্বর ১৩১ নোংচুপলোমদা দাগ নম্বর ১৩৩ দা উবা লৌফমদু য়েংবা চৎলুই। বায়েলশঙদা থবক তৌবা মহাশয় অমা ঐগা বারী শান্নদুনা লৈরম্মী, মতাংদুদা তুংলোমদগী পৃল্লপ ঐঙোন্দা চৈতুপ মরিনা হাইথরম্মী। ঐহাক পাখৎতুনা লৈথোক্লম্মী। ঐঙোন্দা বারী শাদুনা নমথাক তৌরম্বা মহাশয়দুনা চোংথোক্লগা তুংদা হন্দোকখিরম্মী অদুগা হায়রকই... হাৎতোকউ, করি অমুক য়েংঙিনো। মী নিপাল অমসু চৈতুপ পায়দুনা লৈবদু ঐনা উরম্মী। অমুক্তদা চৈতুপ নিপান্দু হাইগৎতুনা ঐঙোন্দা কন্থুরম্মী। ঐহাক মফমদুদা তুখিরিম্মী। তুরবা মতুংদা ঐঙোন্দা চৈনা কয়ারক কনখ্রবগে হায়বা খঙদ্রে।

রাহং : নঙনা মশক খঙবা য়াওব্রা ?

পাউখুম : লোয়নমকপু...

ব্রাহং : মমিংশিংদু হায়য়ু...

পাউখুম : মীং হায়বদি ঐহাক পামদে। ঐগী ইমুংদা শুপ্নগী নুপী অনীখক লৈবনি... অঙাংসু অমত্তা লৈতে। ঐগী ইমুংগী আশা অপুন্বা ঐগা লোয়ননা মাঙত্রগদবনি। ঐনা অতোপ্পগী আশাশিংবু মাঙহনবা পামদে। *(মনোরমাগী মায়কৈদা য়েংলগা)* অদুগী মতুংদা ঐনা মাগী মায়থোংদা য়েংলম্মী... মহাক্কী মমিংতু উইশিনখিরম্মী অদুগা মায়থোংদুদি মোমোন মিনোক্পা লৈতেংলম্মী। ডাক্তরনা মাঙদা চণ্ডশিল্পগা মাগী মখূৎ পায়রম্মী অদুগা মিহুন লেপখ্রে হায়রম্মী। *(চৌক্রিগী খূৎপায়ফমদা মকোক ঙাথে)*

*( মনোজ অমদি মাহিরঅলী চণ্ডলকই। মাহির মাঙ্গোল মখাদা লেপলি। মনোজনা মাঙদা চণ্ডশিল্পগা মুরারীলালনা ফমলিবা চৌক্রিদুগী মনাক্তা লেপলি।)*

মনোজ : অদুদি মহাক আত্মাঘাট তৌখিদে... অদোম্মা মাবু হাৎখিবা নৎত্রা ?

মুরারীলাল : *(খংবগা লোয়ননা চৌক্রিদগী তৌকম খণ্ডদনা মনোজদা য়েংলকই)* ঐনা? কনানা হায়রিবা ?

মনোজ : অদোম্মনি ! অদোম্মা মাবু হাৎখিবনি। প্রমাণ পাম্বীরবদি মাহির মাঙদা লৈরে, হাৎপদুদা মানসু অদোমগী মতেং পাংখি।

মুরারীলাল : *(ইচং থৌনা)* মাহির... নঙনা...

মাহিরঅলী : রজনীকান্ত হাৎখিবগী থৌদোক্কুনা হান্নগী মীহাক্তুবু অমুক নৌহৌননা নিংশিংহল্লে।

মনোজ : নিংশিংবীমু... অহিং অদু ... চহী তরা হৌল্লবনি। অদোম্না নখূংমক্লা মরূঙ্মু গঞ্জা পীথক্লগা তুরেলদা ইহুখিবনি শুপ্পগী লূপা লিশিং নিপাল ফংনবগীদমক্তনি। মতম অদুদসু সোমদি ডিপুটি কলেক্টর ওইরম্মী। শেল অদুনা অদোম্না মোটর গাড়ীসি লৈখিবনি অদুগা বঙ্গলো অমসু খুঙ্গংদা শাহনখিবনি।

*(মুরারীলাল চৌক্রিদা লুকথদুনা লৈরি। মনোরমা মফমদুদা ফমলি। মনোজশঙ্কর মাঙদা চঙশিল্লগা চৌক্রিগী মখাদা য়াম্বুদুনা লৈরিবা মুরারীলালগী মখূং যেত্তু থাঙ্গংলগা চৌক্রি মথক্তা থম্মী।)*

মুরারীলাল : মনোজ। *( অতম্না খোঞ্জেলদা অমদি নুংশাম্বর থবেং-থবেং হোল্লদুনা)* ঐদি মতম চূপ্পদা প্রায়শ্চিত তৌদুনা লাক্লিবনি। নঙোন্দা ঐনা ঐগী অবাবা পোৎলুম খূদিংমকসে... ঐনা নঙগী নফমদা থল্লিবা শাজং-লীচং নঙনা খঙলিবদুনি... ঐনা পাম্বদি চন্দ্রকলাগা নহাক্কা... ঐহাকসে হিরম খূদিংদা মায়থিরবনি।

মনোজ : অদোম্না ইশানা য়াবীরে। ঐগী থম্মোয়গী অবা পোৎলুমসে থাংথবগুম খল্লে। হৌজিক ঐহাক আত্মাঘাট তৌবা মপাগী মচা হায়বদু ওইদ্রে। *( থৌনা লৈনা)* ও! ঐহাকসে ওম্মোকপা ফিভমদা লৈরুরেদা। চিন্তা অসিনা ঐগী হৃকচাংসে শোকত্ত্রবনি, ব্রাখলগী লায়না পোকত্ত্রবনি। মতম চূপ্পদা ঐনা অহিংদা মাবু মঙলান্দা উখি অদুগা অয়ুক নুংথিলদনা মাগী মঙদুগী ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈখি। লাইরিক তম্বদসু কৈদৌঙৈদা পূক্লিং চঙখিদে... উপায় অমা তৌরগা বিষয় খূদিং শেম শাদুনা পরিক্ষা পাস তৌনবা হোৎনখি। ব্রাফম অসি হান্না খঙজরম্লবদি ঙসিদগী চহী মঙা-তরুক মমাঙদা.. অদু ওইরবদি ঐগী পূক্নিসে অদুক মহাউ য়াওদবা ওইরম্লোইদবনি।

মুরারীলাল : মনোজ ! ঐগী লৈজবা পুম্বা নঙোন্দা পীরবনি... ঐবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু। ইচানুপী অমা লৈবসিসু মাবু শেন্নবা ঙমদ্রে।

মনোজ : *(হরাওনা)* নত্তে ... নত্তে, ... হৌজিক ঐহাকপু পুক্নিং হরাও তয়াম্না অমদি থম্মোয় শেংনা তাইবঙপানসিদা হিংজবা ঙমহনবীয়ু। ঐহাক্না ইশাগী লৈফম থিজগনি। অদোমদগী করিগুম্বা খরা ফংননবা... অদোমগী পোৎশক খুদিংমক্তা... অদোমবু হেক নিংশিংলুরগা... অদু গুম্বা মীহাৎ অদু হেক্তমক নিংশিংলক্কনি।

মুরারীলাল : *(হৌগৎলগা)* নত্তে ইবুংঙো.. ফত্তবা থবক খুদিংমকসে প্রায়শ্চিত্তনা কোকহনবা য়াই। ঐদি প্রায়শ্চিত মপুঙ ফানা তৌরবনি। সংসারসিদা নঙগী অতোপ্পা লৈফম অমমুক থিবা চৎলগনু। মফম অসিদা লেংদনা লৈরো। চন্দ্রকলাগা নহাক্কা লুহোংনবা তৌরসি... বাঁসী খোংদুনা নুংঙাইনা লৈরগদবনি। নহাক্কী অৱাৎপা অমত্তসু লৈহল্লোই, ঐগী ইনাক্তা লন-থুম মরাং কায়না লৈরি অদুনা...

*(মনোজশঙ্কর রাখল তৌদুনা লৈরি। চন্দ্রকলা চঙলকই। নিংথীনা লৈরোং হৎলবা সাড়ী অমদি সনাগী লিকফাং শিরি। মতাং অসিদা মাগী মকোক্তু হাইদোক্তুনা লৈরি, সাড়ীনা তুংগী লুখমতমক খুমজিল্লি। মনোজশঙ্কর মঙোন্দা য়েংলগা মশাদু নীকপগুম তৌরি, মাঙদা চঙশিল্লগা মাগী লাইবক্তা য়েংঙি। অমুক তুংদা হন্দোক্লগা ফক্লাংদা ঙাথদুনা লেপ্পি। মুরারীলাল চন্দ্রকলাবু ঊরগা অহানবদদি শাউনিংবনা খাঙবা ঙমদে অদুদগী মকোক পায়শিল্লগা চৌক্রিদা ফমথে)*

মুরারীলাল : চন্দ্রকলা !

চন্দ্রকলা : পাবুং, অদোমগী অপান্মদু হায়বিয়ু। হান্নদি ঐহাক চিংনবনা করিমত্তা হায়জবা ঙমখিদবনি। অদুবু ঐহাক হৌজিক্তি চিংনবা পূম্বা থাদোকপা তারে... ইশাগী ইজ্জৎ য়েংবীদুনা ঐঙোন্দা হংবীনিংবা খুদিংমক হংবীয়ু। ঙসিদি...

মুরালীলাল : ঐহাক্কী ইজ্জৎতি নঙনা মাঙহল্লে অদুগা ঐহাক মায়সে থন্ফম লৈত্রবনি।

চন্দ্রকলা : অদুবু ঐদি অদোমগীদমক্তা মতম চুপ্পদা প্রায়শ্চিত তৌদুনা লৈরি। *(মনোজশঙ্করদা মখূৎ থিল্লগা)* মাগী পাবুংবু অদোম্মা হাৎতোকপিখি অদুগা মহাক্কা ঐঙোন্দা মদুগী লমন খুম্লি, হন্না-হন্না ঐবু মীরাইবিরি। হোস্পিটাল চৎলুবনি, অদোম্মা উরিবসিনি... ঐগী লাইবক্কী সিন্দুর অসি... লুপা লিশিং য়াম্থেদুগী পায়শ্চিতনি। অদোম্মা ঐবু পোকপিরে... অদোমগী মীংচৎ থিবা য়াবা থবক অমত্তা... ঐহাক্কা তৌখিদ্রি হায়না খল্লি... *(তূমিন্না লৈমায়দা য়েংদুনা লৈ। মনোরমা মফমদুদা লেপ্লগা উখোঙদা ঙাদুনা লৈ। মনোজনা ফুরিং পুময়াৎ মনুংদগী বাঁসী লৌথোক্লগা মচিনবান্দা থম্মী।)*

মুরারীলাল : *(হিক-হিক লাউবা খোজ্জেলদা)* নহাক মতাংসিদা বাঁসী খোংলগেরা ?

মনোজ : খোংলগে, নখোয় ময়াম তূম্মিংনবা।

মুরারীলাল : ঐগীদি লোয়না মাঙ তাক্লবনি অদুগা নঙনা অমুক ঐবু করেম্মরিবরা ?

মনোজ : তৌজরুবগী মহে ফংবা নংত্রনে? ঐহাক অমদি রজনীকান্তসু মাঙ তাক্লিবসিদি...

মুরারীলাল : নখোয় ময়াম পূনশিল্লগা মদুগী মহৈদু পীবা পাম্লিবরা ?

মনোজ : ঐখোয়না মদুগীদমক্তা করিসু হোৎনরুদে। থেংনরুবা কর্ম অমদি অনীংবদু... পাণ্ডখোকচবনি... মসিদা ঐখোয় কনা অমত্তগী মরাল লৈতে।

মুরারীলাল : চন্দ্রকলা !

চন্দ্রকলা : পাবুং...

মুরারীলাল : হৌজিক করি তৌগে খল্লি ?

চন্দ্রকলা : অদোম্মা নুংশিবীদুনা ঐবু ইহৈ-ইশিং নিংথীনা হৈহনবীরে অদুনা ঐহাক ইদোম হিংজবা ঙম্লগনি।

মুরারীলাল : নহাক মফম অসিদা লৈনিংদ্রবরা ?

চন্দ্রকলা : লৈনিংদ্রে। মফমসিদা লৈরবদি অদোমগী মথক্তা বদনাম হায়বদু লৈরগনি অদুগা মফমসিদগী লাপথোকস্লবদি... অদুগা পাবুংগী য়ূমদা লৈবসু চুমদ্রে...

মাহিরঅলী : (মখাদগী) ঐনা মণ্ডলান অমা উখি। ঐনা হায়খিবদাইনে ঙসি প্রলয়গী অহিংদুনি।

মনোজশঙ্কর, মনোরমা : ( মখোয় অনীনা পূন্না খুম্মী) হোয় অচুম্বনি।

লোয়রবা



# BIO-DATA

| | | |
|---|---|---|
| Name | : | **Sougaijam Nabachandra Singh** |
| Father's Name | : | Late S. Mema Singh |
| Mother's Name | : | Late S. Thotnumacha Devi |
| Address | : | Lamboikhongnangkhong,<br>U.K. Road, Imphal West. |
| Date of Birth | : | 1st March, 1959 |
| Educational Qualifications | : | |
| (i) General | : | M.A. Hindi, Nishnat |
| (ii) Hindi | : | Rashtra Bhasha Ratna |
| (iii) Sanskrit | : | Prak Shastri |
| Present Status | : | |
| Department | : | Education (S) |
| Designation | : | Lecturer in Hindi |
| School : | : | Ibotonsana Girls' Hr Sec. School,<br>Imphal. |

***অইবগী লাইরিকশিং:***

১। **বৎসনিংথৌ উদয়ন**
(ডা. রামকুমার বর্মাগী 'বৎসরাজ উদয়ন')

২। **নির্মলা** (মুন্সি প্রেমচন্দ্রগী উপন্যাস 'নির্মলা'

৩। **বক্তা পথর**(প্রহ্লাদ শর্ম্মগী 'মরোল থোক্লবা নুঙ')